# ꯂꯣꯛꯇꯥꯛ ꯁꯩꯊꯥꯔꯣꯜ

# লোক্তাক শৈথারোল



জাতিশোর তোংব্রম





# ꯂꯣꯛꯇꯥꯛ ꯁꯩꯊꯥꯔꯣꯜ

# লোক্তাক শৈথারোল

জাতিশোর তোংব্রম, থাঙ্গা



মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর



**LOKTAK SHEITHAROL**
(An Anthology of the Loktak Lake)

Jatishore Tongbram (C)
Phone No - 9862145414

অহানবা ফোঙবা - আগষ্ট, ২০১৩ ইং
অফোঙবা :- মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর
নমফম :- সোবোখাইবম পেন্টিং এন্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স
বিষ্ণুপুর ফোরেষ্ট গেট, বিষ্ণুপুর
মখুম (ফোটো) :- বিসেশোর তোংব্রম
মমল - লুপা ১৪০/- (মখুম অপাবা)
লুপা ১৮০/- (মখুম অথাবা)
কোপি মশিং :- ৬০০
ফংফম :- (ক) মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল
(খ) মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ
(গ) অইবা মশা

অইবগী হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং -
(১) কংশিনখ্রবা থৱাযগী ঈশৈ (শৈরেং), ১৯৭৯ ইং
(২) অঙৌবা মচুগী অতিযা (শৈরেং), তাং ১/৫/২০১১ ইং
(৩) মিরাং অমসুং তিংখং (শৈরেং), তাং ২৯/৪/২০১২ ইং

## সেক্রেটরীগী ৱাৰোল

অচুম্বা, ফজবা, অফবা অমসুং কথোকপা হায়বিবা তাঙলবা গুনশিং অসিবু ইখৌ লাংজদুনা মখুত্তা কলম পাযদুনা লেপ্লা নৈতনা মনিপুরগী পুযাবীশিং মকুওইনা মরমদম লোক্তাক পাৎকী অকোযবদা লৈবিবশিংগী মগুনবু শিংথাদুনা তাইবং ফাওনবা হোৎনবিবা শ্রীতোংব্রম জাতিশোর সিংহনি, ইবমদম বিষ্ণুপুর ডিষ্টিক্টকী মনুং চন্না লৈবিবা মনিপুরগী শকযেং মিংশেল ওইবিবা লোক্তাক্কী শৈরেং ওইনা শৈথাবা লাইবিক অমা ব্রাঞ্চ অসিদা খুদোল তম্বীবকপগীদমক অহানবামক্তদা থাঙ্গ ঙাবমদা লৈবা ওজা অসিবু পরিষদকী মাযকৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। মহাক মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ অসিগী অচঙবা মেম্বর ওইবতা নত্তনা ব্রাঞ্চ অসিগী শঙলেন শাবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিবা মীশক অমনি।

শ্রীতোংব্রম জাতিশোর সিংহনা ইং ২০১১ দা অঙৌবা মচুগী অতিযা হাযনা মীংথোনবা শৈরেং লাইবিক অমা, ইং ২০১২ দা মিবাং অমসুং তিংখং কৌবা শৈরেং লাইবিক অমা পুন্না ব্রাঞ্চ অসিদা লাইবিক অনী খুদোল তম্বিখ্রে। ইবদা চোকথবা নাইদ্রবা মথৌনা মরৌশিং লৈববা মনিপুর সরকারগী পি. ডব্লিয়ু ডিদা এসিষ্টেন্ট ইঞ্জিনিযার অমা ওইনা থবক পুবিবা ওজা অসিনা অহুমশুবা পুথোকপা ''লোক্তাক শৈথারোল'' কৌবা শৈরেং লাইবিক অমসু ব্রাঞ্চ অসিদা খুদোল তম্বিবক্তুনা তুংকোইনা লৈহৌবগদবা সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিনজরে। লাইবিক অসি থাবগা ব্রাঞ্চ অসিনা ফোঙজবা পুন্না লাইবিক ৩৫ শুরে।

থিজিন হুমজিনবদা চোকথবা লৈত্রবা অইবা অসিনা মাগী শৈরেং খুদিংমক্তা চান-চানবা মথাম্না পাবদা হেন্না ভাব তানবা অযেকপা লাই কযাসু যাওবি।

হাযবিবা শৈবেং লাইবিক অসি পাবীনবা মীযামগী খুত্তা ঙসি শিন্নজবি। বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক্টকী মনুংদা লৈবিবা মনিপুবগী শকযেং মিংশেল ওইবিবা লোক্তাক পাৎ অসিগী শৈখাবোলগী লাইবিক্রি। হৌখ্রবা মতমগী থঙজীং ইবুংঙো গী লিলা শান্নফম ওইবিবা লোক্তাক পাৎকী মবমদা শৈখাদুনা ইবিবা শৈবেংনি।

ব্রাঞ্চ অসিগী সাহিত্যগী পুক্কেদা শৈবেং ব্বাবী মচা অমদি উপন্যাসকী লাইবিক কযা লমদম অসিগী অইবা অইবীশিংনা খুদোল তন্বিবক্তুনা মনিপুবী সাহিত্য লৈকোলদা লৈশাৎ তন্নিবা অসিগী মবক্তা ওজা জাতিশোবগী লোক্তাক শৈখাবোল গী শৈবেং লাইবিক অসিসু লৈশাৎ তন্নগনি। অইবা অসিনা হেন্না ফবা লাইবিক কযা পুখোকপা ঙম্নবা ঈশ্ববগী মফমদা থৌনিজবি।

তাং ২৫/৭/২০১৩

লমাবম তোমচা সিংহ
সেক্রেটবী,
মনিপুবী সাহিত্য পবিষদ বিষ্ণুপুব

# কত্তবা



চীংঙু থংজীংদা পূক্লিংগী ইথিন পীবিবী অমদি ঈবোন্নুংদা
লোইনাইদ' নুংশি ঈবিক ঈতূংলিবী

ইমা লোক্তাক লাইবেম্বীদা

## অইবগী ৱাবোল

নিংঙমখিদে, ১৯৬৮ ইংদগী শৈবেংদা ঙাওজবকপনি অদুবু কবিসু তৌবা ঙমদ্রি হাযবা তাই। হিংননবগী কুরুক্ষেত্রদা শিনফম্না শাবথি ওইখি, কৃষ্ণগী ভগবত গীতাগী শ্লোক নাকোংদা চঙখিদে লাড্ডেংনবদা। পুন্সিগী মৱাক চামলক্লবা মতমসিদা মৃৎলমদাইগী থাউমৈ ওইনিংলকই অদুবু থাউদি কংলক্লে। ১৯৭৯ ইংদা মীযাম্মদি খঙবীখিদ্রবা অহানবা লাইবিক অমা পুথোক্লগা চহি ৩০ বোম লেপ্লুববা তুংদা ২০১১ ইংদগী বাকি লাকখত্তুনা মীবক তিনবা ঙমদ্রিফাওবা চহি অমদা লাইবিক অমমম পুথোকপসি ঐগী পান্দমনি। কুমসি চহি (২০১৩) গী ওইনা ফজবা থীবগী ৱাখল থমলুদনা লাইবিক অমত্তং পুথোক্লদবদা লংজিন উদ্দুনা মাথা শাবিখৈ নোংমা তাং ১২/৫/১৩ ইংদা মরুপ বিবমঙ্গল এ: ঈ: (অইবা ওইনা বেবিল থাঙ্গ) গা সঙ্কীর্তন মফম মান্দব কাচিন অমদা ৱাবী শানবদা হৌবকফম লমদমগা মবী লৈনবা লাইবিক অমমমতা ওইববসু থল্লম্বা ফৈ হাযনা খল্লখি। মদুনা লাইবিকসিগী কাংখুল ওইখি। যুমগী অঙাং অনি থংন থংননা মথৌ মঙম পাঙথোকপগী চিল্লবা থবক, অমবোমদনা ওফিসকী ইথৌ, ছুতি নুমিত্তনা হেন্না থবক কনবা চিল্লবা থৌগাই মবকসিদা মতম হূদুনা পুৱাবীগী, লম্মিৎলোনগী মচাক মথুম খবদং খোমগৎচখি। ১৯৭৪–৭৬ অদুৱাইদা লোক্তাক্লা ঈথিন পীদুনা ইখিবা ঐগী বোমাসি টক শৈবেং, হূমফুতবাগী (১৯৭০) নোংলৈদা খুইথম্বরশিংদুগী ছাচাদা লম্মিৎলোনগী পুৱাবীগী যোৎচৈ (Reinforcement) লেংশিল্লগা জুলাই ৩ দগী ছাত হৈবা হৌখি। জুলাই ১৩ দা ফার্মব (Form Work) হেক হাংবগা ঙাইঙমদনা প্রেসতা থাজিনখি।

ওহোক্লা ঙাইঙমদবা ৱাখলনি। অনৌবতা থিনবা মতমসিদা ঐদি অবিবা খোঙ্গুল লীজবনি, অপাবশিংনা ঐবু তাখৎ তাখৎলগা কিবক্তে হায়না নোক্লবিগদ্রা হায়বা ৱাখলনা ঐ হৌজিকফাও লাইমন ওইবি। খোয়বী লিনশাং তাফম লোক্তাকপু নুংশিজবা অমদি অবিবা লৈশিংদসু ঈশিং চাইজনিংবদগী ইজবনি, অশোয় অঙাম ঙাকপিগনি। শূপ্লতগী নুমিৎ তবানিখক্তদা শেমগৎখিবা লাইবিক্লি, ঙাইঙমদবগী। অহিংদি কুইনা তূম্বা ফংখিদে।

লোক্তাক্কী ফজবদি মপান নাইদে, ঐগুম্বনা শৈথাবা ইতিক ওইদে অদুননি পাৎকী ফোটো য়াম্না হাপচবিবা। পাৎসিগা শাগোন্নখ্রবা নুংওন ৱ বীশিংসু ঐনা শৈশকচবা ঙমজবোই অদুননি থাইনগী অবিবা শকযেকশিং হাপচবিবা। ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ৱাৎপদগী পাৎকী শক্তম ফোটোনা মকে শেল্লগা অবিবা খুৎযেক লাইশিংনা নাচোম থেৎচবনি, মবিং মবাংগদ্রা খঙদে। মতমসিগী যাক্লবা নুংশাদা মহৌশাগী খুৎশেম্না, থাইনগী নুংওন ৱাবীনা মিৎকুপ অমত্তং উকম লাংহনবা ঙল্লবদি মহৈ যাল্লে খঙ্গগনি।

লেপ্তুনা ইবগী, ফোঙবগী হৈনবী থম্মিংই, ফজবা থীবগীদি খল্লুদে। হাযনৈ-টিকেৎ কক্লুদ্রবদি লোটবি খক ফাওবা যাবোই। ফজদসনু, ইবা লেপত্রগা ফজবা খুৎই লোটবি ফাওবকপা কনানা খঙনি। ফাওবক্তবসু কায়দে, পামজবগীনি।

অখঙ অহে ওজা গুরুশিং, ফোঙবীবা লূপ অমদি প্রেসকী ইচিন ইনাওশিংগী লমন তোনশিনজবে, কাউজবোই।

ঐগী মবিশুবা লাইবিক মীযামগী খুত্তা শিন্নজবি।

মীযামগী সেবাদা

তাং ২০/৭/২০১৩ ইং।

জাতিশোব তোংব্রম

## অইবগী শক্তাকরা



শ্রীজাতিশোব তোংব্রম থাঙ্গ ঙাবম লৈকাইদা ১৯৫৪ ইংদা পোকই, হৌজিক্তা মোইবাংদা লৈবি। অপোকপগী মিং তোংব্রম ইবোমচা অপোকপীগীনা পুখ্রম্নম নিংঙোল মনিতোম্বী কৌই। লাইবিক যাম্না ফনা হৌবক্লবসু ইমুং-মনুংগী ফিভম শাথীনা ফত্তবনা অৱাংবা থাক্কী মহে্ তম্বা ফংলকখিদে। ৱানা ৱানা ইঞ্জিনিযাবিংদা ডিপ্লোমা কোর্স তম্লগা ১৯৭৬ ইংদগী পি: ডব্লিউ. ডি· দা এস· ও. ওইনা থবক চঙই, হৌজিক্তা ডিপার্টমেন্ট অসিদা এ ঈ. ওইনা লৈবি।

১৯৬৮ ইংদগী শৈবেং ইবা হৌবক্লবসু হুমফুতবাগী নোংলৈ কনখিবনা মোডর্নিজমগী খুৎইদা খবদং থৈদোক্লগা ১৯৭৯ ইংদা 'কংশিনথ্রবা থৱাযগী ঈশৈ' কৌবা শৈবেং লাইবিক অমা ইহান হানবা ওইনা পুথোকখ্রে। সাহিত্যগী লূপ অমদি সাহিত্যকাব অমত্তা লোযনদবা খুঙ্গংগী পুন্সি ওইবনা চহি ৩০ বোম লূপশিন্দুনা লৈবকখি। ২০১১ ইংদগী বিষ্ণুপুব সাহিত্য পবিষদকা খুৎশম্নদুনা মীমাঙ থোকপা হৌবকখি। পেত্রোএটিক ৱাইটবস ফোবম, কলচবেল ফোবম ১দি মেঘালযাগী পবিষদ ব্রাঞ্চকীসু লাইফ মেম্বব ওইবি।

লৈখিদ্রবী অপোকপীগী মিংদা বিষ্ণুপুব ডিষ্ট্রিক্ট কী ওইনা সঙ্গিতকী লমদা ' তোংব্রম ওংবী মনিতোম্বী নীংশিং শেলগী মনা' চহি অনি অনিগী ওইনা বিষ্ণুপুব ব্রাঞ্চকী ওইনা খুদোল তল্লি।

খ্বাইরাকপম সদাশিব
জোইন্ট সেক্রেটবি

# যাওফম তাকপা

কবি যাওবিগ	কবন্মা লমাযদাগ

## খুকুম ঈশৈ



ইমা লোক্তাক লাইবেম্বী !
ঈবৈমাগী শাইওন লৌ
ঈংনা তোমশাংনবিবী
ফৌওইবীনা লুচিংবী
লাই চনুবা তবেংকী
হী-য়াই খুদিং নাউপুবী,
চীংনুং লৈমা চিৎমিংনবী
হাইনু লৈমা হাইমিংনবী
লেমলৈ ঙাবাক ঙাওইবী
নিংঙেল নুবাবী, কোংলাংনু
তোইবী কোনমিন্নবীগী
খোঙ্গুল লীক্লম তাবিবী,
চীংঙু থংজীং কোযবেল্লাই
কৌব্রু মাবজীং রাংব্রেন্না
মাযগৈ মবি ঙাক্লিবা
শাইওন লাংওন কযাগী
খোযথুন্নবা ব্বাবীনা
ঈবোন্নুংদা থূপ্লিবা
ইমা নংগী মিংখৈবোল
শকপা ঙল্লোই কৈদৌনুং।

মানস সবোববগী ঈমাযনা
উলব পাৎকী মাযথোঙনা
লাইযাম পূক্লিং শুল্লসু,
চীংগী থম্বাল মাল্লবী
বাবাপানি ঈপাক্লা



## লোক্তাক শৈথাবোল

মালেম থম্মোয় হূবসু
ঈবোন্নুংদা থূপলিবা
নুংশি হীবি কোল্লিবা
নংগী লিক্লাই মহীদি
ফংলোই মফম কৈদসু,
নংগী নুংওন ব্লাবীনা
তাবুনুংগী লিক্লাংনা
হেল্লি হেল্লি খ্বাইদগী।
য়েংলুদেনে কনানা
কৈশাল ওইবা থম্মোয়না
মহৌশাই খুৎশেম অঙ্গৈংবা
শজি ওইবা ঐতনা
লাইজ ঈবেল চূপলুবা
ঈপাক ওল্লে থম্মোয়সে।

নংগী ঈবোন্নুংদগী
নুংশি তাবু হাংদুনা
লাইজ ঈবিক অমত্তং
শূপ্লতগী অমত্তং
হৈত হৈত নচানা
নুংশি ঈবেল চূপচগে
থৌজানবিয়ু ইমানা॥

****

# পুন্নারী

মাঙদ উবিবা ঈপাকসে
নুংশি হীবি কোন্নফমনি,
তাবুনুংগী ন্নাবী শীংবুল
কিশি থোক্লু থোক্লুবগা
লোইনাইদ' ঈফুৎ হৌবক্লিবা
গঙ্গোত্রিগী ঈচেলগুম।

চীংঙু থংজীংগী মশাইকোন
অযাংলৈমগী মিৎযেংফম
লুন্নাং খুমন শাইদাংফম
লোক্তাক নংনি নুংশিবী।
লাইবক্লেনগী হযিচক
কৌব্রু থংজীং ন্নাংব্রেন্না
খোইযুম লাইযাম খোমদুনা
লোক্কী লাইজ ঈবমথৈ
পুমতাক তাক্লা ঈযৈখৎ
শেমখি লোক্তাক ঈপাকসে।
তাউজিং হৈব্ধ পাল্লবী
লাংঙনুবী ষণবীনা
লাইজ ঈপাক লাল্লকপা
ন্নানা ফু  ফু কামখিঙৈ
নংগী লাইজ ঈবেলসে
ন্নাংফুবেলসু কোলোয়নৈ
'লোক্তাক লাইজ ন্নাংফুবেল।'
থংজীং চীংদা শাথূপ্পা
'চা' কৌবা হিংচাবশিং

## লোক্তাক শৈথাবোল

চীংঙু থংজীং মহাক্রা
কোযবেল খুত্তা পাযদুনা
নংগী লাইজ ঈপাক্তা
লালু চোমায ককখিবা
লোকত্র তাকত্র হাযদুনা
লোক্তাক মিংলেন্নখিবী
নংনি লোক্তাক পূকতল্লী।

মীবল্লেনগী মতমদা
মৈতৈ পাথৌ পাঙ্গলবা
লৈশাপাম্ব থৌগাইজাম্বনা
লম্মুন্নবগী চাযনপূংদা
মোইবাং লম্নুশু অথৌববু
তাংজ লুবেল কক্তুনা
লোক্তাক কোলোযনখিদো
কংলৈ লমথোন অমদা।

চীংজুম লাইজ ঈফূৎ হৌ
লোক্কী লাইজ ঈতিনফম
তাক্লফমনি হাযনসু
লোক্তাক নংবু মিংলেন্নৈ,
মখল মথেল লমথোন্নি
ইমা নংগী পুরাবী ।।

****

## ঙমখৈ

ইশোক চীংফু চীংশাংনা
সনা পাৎকী ফিবান চন
উত্রা পাৎনা থৌগল তৌ
অৱাং থোঙবু ঙাক্লিবা,
হাওবৈ খা পাংবদা
কৈবুল চীংমৈ চীংশাংনা
শজি শঙাই খাবশাগী
মখা থোঙবু পনঙাকপা,
নোংপোক চিংখৈ লমদমদা
সেকমাইজিন কোম্লাখোং
খুমন লমদম, ফৌগাকচাউ,
মৈবম খানা পাংবদা
লাইবেল মথেক শাদুনা
অবোং তেবা নোংমাইখোং,
নোংচুপ মাযগৈ শীঙ্খুংনা
উবাং শম্বল খাদুনা
ঙাইখোং তৌবুল খোইজুমান
নাচৌ পম্ফোং পোৎশংবম
উপোকপী তৌপোকপীদগী
নিংথৌখোংগী তোবর্বান লান
লমগানবী তুবেল ফাওদুনা
ঈকুপী তুবেল খুৎশম্নবা,
মোইবাং লাইজি পাংবদা
ঙাংখ লমদম লম্মুংশি

## লোক্তাক শৈথারোল

চীংঙু থংজীং চীংশাংনা
তুবেল্লুগী খোঙ্গুল লী
থম্বোংতাক্কী খোঙবান্দা
লোক্তাক খাবা শাদুনা
নুংশি ঈবি কোল্লগা
মোংলবিযে মোইবাংনা ।।

****

## শকওং

চীংলোন মাপল শম্বল খা
চীংগুশিংগী শকযেংফম
মিংশেল ওইবি লোক্তাক্লা,
পাৎকী ঈযায় থক্তুদা
ঈকুপলিবা শামুগুম
থাঙ্গ ঈথিং কবাং চীং
খোংজাইঙম্বা নোংথোল চীং
যাওশুবাকপা খৌদেম চীং
মোবি লেপ্পা, নাপ্পচীং
কৈবুল তোযা পাবোৎ চীং
ওম্ব-সেন্দ্রা ঈথেম চীংনা
ঔগ্রি হঙ্গেল চোংলিযে
পাৎকী ঈপাক ঈযাযদা।
নোংপোক হাবম পাংবদা
মুকাপ মাছু-ৱাবোইচীংনা
চীংথি চীংগী মাযগৈ তম
খুজেং পালোইনদুনা
খুমন লমদম পাংলিযে।
চাগোক ফবী যেনবীগুম
নাউকোল্লিযে নহাক্লা
থজি তোলোং লোঙ্গুমপাৎ
চীংহৌ ঙাক্রা ঙাতেনপাৎ
শুম্বলতাউবী লাইফল্লেন
যুবানমতোন ঙাবমপাৎ
লৈহাউখোং যাঙ্গোই পাৎ

ঈকস্থী সেন্দ্রা ঈব্রাযকোল
তাকমু লাইশোয হূবীদাক
যেনাপাৎ য়েনপাৎ লফুপাৎ
কুম্বীপাৎ উঙামেন্না
নংগী মাযথোঙ কযাৎনি।
পুক্কশৌবী শৌশৌবী
নংগী খোযদৌ মকনি,
ফিবাল মখোঙ লাইফম্না
লাইবক্কী অষ্টি মফমনি।
লেমলৈ ঙাযোক শেল্লিবা
যেল্লী যেনশম চবাংনা
শাইনোল শম্লাং ওইবিবা
হৈকক ব্রাইনুজবানা
চবা নোংখন্নবিবা,
হুপ্পৌ ফুমদি কম্বোংনা
পিশুম লীকং কোল্লগা
থবো থম্বাল থবিকথানা
নাচোম লৈবাং ওইবিযে।
খোর্দাক তুবেল মবিলনা
নীংখম শমজি ওইবিবা
লোক্তাক ঈশায মাপলনা
ব্রাত্ত চেংজেল হুল্লিবী
লোক্তাক নংনি নিংথিবী।
ঈপাক উকই নুংওল্লি
তমযা যেংলুই খোযবাঙই
ঈবোন্নুংদা থূপলিবা

নীংশিং তাবু হাংলগা
মবাঙ হৌবে থম্মোযসে।

হে লোক্তাক নুংশিবী!
নংগী ঈপাকযাযসিদা
ঝাখল হিবেল তোংদুনা
নীংশিং নৌবেলনা হোল্লুবা
অকাউ' লৈবোন্নুংদগী
লোইনাইদ' নুংশি ঈবিকশিং
ঈফূৎ হৌবক্লে নৌহৌনা
পূক্লিং পূখ্রি 'নুংসিদা।
যেংজনিংখি মফমসি
পূক্লিংগী 'মোৎপা চাম্লবা
মহৌশাগী অঙ্গংবা·
উবক্লেনে ঐহাক্তি
থম্মোয নুংহীক্লহনবা
কংলৈবোনগী শক্তমঙাক'॥

****



## লম্মিংলোন/লমকোযবোল

### ১-মোইরাং

থংজীং চীংশাং নাখল ওই
লোক্তাক ফিবান খুনশেন্না
তেশা-ৱানা কৌৱুদা
ঈবোয-ৱানা মৈবমদা
পজেং ফিবাল থেৎলিবা
কেগে মোইবাং লমদমনি।
খোইযুম লাইনিংথৌ মহাক্না
থংজীং লাইগী শাইওন লৌ
ঙাংখ খুনযায ফাওদুনা
লোক্তাক পাৎকী খোঙবান ঙাক'
খুন্দা-লৈতাননবা
হান্না মোংলবে হাযবগী
মোংবহনবা কোলোযখি।
খোইযুম মানা খোযদানা
মালেম লৈম্না যাইকোযবুং
ঙাঙোই মপুংযাইদুদা
মবানযাইবু ওইখিবা
মোইবাং লমদম লম্মুংশি
মোইবাং 'চাশিংনা পানবা লম
চীংঙু থংজীংগী মশাযকোন,
লাইবম্লেনগী খুনুংচক
থংজীং মানা শৈহৌখি
মীবম্লেনগী হাকথক্তা
ফাংফাং পোংলেনহনবনা
পুবিৎলাই ফমথোন লৌদুনা

## লোক্তাক শৈথারোল

লোক্তাক খাবা শাবগা
চাদা নাউদানখিবা
কেগে মোইবাং লমদমনি।
শাইওন লাংওন ব্রাবীনা
লনগৈ পূক্কে চোনবলম
লোক্তাক নংগী ঈপাক্তা
ঈতিনখিবা ব্রাবীনা
ঈথক হৌবি ঙসিফাও।

মোইবাং তুবেল যাঙ্গংবী
মপাংলক্তগী নাইথনা
ঙরাং মাযওন তন্নগা
খুম্বুক ঝুনখা শম্বল ওই
শাইওন লাংওন ব্রাবীশিং
পিবুক থন্না চূপতুনা
লোক্তাকতবু পাউদমলি।
মানবা তুবেল হন্নখোং
লাইহল্লি তুবেল মৈকাম্বীনা
চীংজুম লাইজ খীক্তুনা
নুংশি ঈনোৎ হাপ্লবা
লোক্তাক লাইজ ব্রাংফুবেল
চাংজৌ পাবি হৌজিকসু।
সেন্দ্রা যাংদৌ লম্বীনা
পাৎকী ফিবাক খাযদুনা
সেন্দ্রা নিংথৌ খুভম লান
নুংশি ঈবেল চূপ্লবা

# লোক্তাক শৈথাবোল

লোক্তাক খোঙ্গুল লীখবি।
মোইবাং তুবেল তোবৈথেক '
থেকোইননা চেন্দুনা
থোঙ্গাল খুদিং ৱাবী লী
লোক্তাক লমদম পাংলকপা
লীববোনে ঙসিসু
নুংশি মপাউ নুংওনবা।
লাইজিং পুন্সিবা মহাকথক
থংজীংগী লাইবাউ কোক্তা পু
শাবম চামা ফানবা
মশাবী কদেং মহাক্লা
তোবর্বুং লমদম পাংখিবা
কোবৌ শীংবুম যাম্লকঙৈ
নূবা লাইজিংলেম্বীনা
ওন্ন-থোইনা মৈচাক খাঙ'
মোইবাং তুবেল তোবর্বানদা
শিংনাং শীংতেক মশীং থী
কোবৌ মশীং পাখিবা
তুবেলগী লাইজ ঈবেলদা
মশাবী মপাউ হংখিবা,
পাম্মু মৈচাক খঙদবী
লোনথোক্তবী তুবেল-ও'
নূবা মাগী পিবাংনা
নংগী ঈচেন্দা তিনখিবা
লোক্তাক লাইজ ঈবেলথক





ইপোম হৌবি ঙসিফাও,
লীববোনে অমুক্তা
পান্মু শেৎন' মৈচাকৱা।

লাইহল্লি তুবেল তোবর্বান্দা
তুথুপ নানবী হিদেন্দা
থোংনাং লাইবৌলেম্বীগা
মশাবী হেঙ্গুনহাগা
নূবা পাখং শকখঙনা
থম্মোয 'নিগী অথূপ্পা
ফোঙঙমদবা নুংশিবা ·
ঈবোন্নুংদা মমি তাখিবা
তুবেল মানদি খঙহৌবা
পাউদম্লিযে ঙসিসু
লাইহল্লিগী ঈচেলনা
থম্বোংতাক্কী হিদেন্দা।
নানবী তুবেল নহাক্লা
পাউদম্লিনে হৌজিকফাও
ৱাংলেন পুংদিংহনবগা
যাইনু ফিশাহৈবীগা
হন্নখোংগী হিদেন্দা
অপাম-নুংশি শেৎন-ৱা
নুংজেং পাৎপু ফাওদুনা
লোক্তাক ঈবোন্নুংসিদা ।
পাৎকী লাইজ ঈপাকসে
চোল্লে নুংশি ঈবীক্লা ।

খোঙবানগী উপাল ৱাপালদা
ইনুং মমৈ ৱাযবকাল
হবি-নুংনাং চেক্লানা
ইঙা নোংনা কুমদমঙৈ
ইঙেন নোংনা কুমখাযঙৈ
নিং নিং শৈহেক তম্লকপা
শবি পন্দোল লোমদ্রিঙৈ
পাম্মু নুংশি শেৎনবা
নূবা পাখং অনিগী
থৱায মিবেল অনিমক
শৈশক্লিযে ঙসিফাও
"নূবা ইনেম্মচা, নুংশিবী !
শাবী ইমানমচা, পাম্মুবা !"
পুংদিংহনবগী থৱাযগা
ফিশাহৈবীগী মিবেলগা
নুংশি পাউমেন্নবিবা
থম্মোয নুংবান ওল্লেনে
তাক যেংলু খুদিংগী
ক'যন-শৈহেক পাউদমখোল
মৈচাক ৱাবী কযানা ।

হে ইবুধৌ থংজীং, কোযবেল্লাই!
হাক্লা থম্মোয কনমল্লি
পাম্মু নুংশি খুদিংমক
লোইবী লফু তোংদম্না
চংবী লাবাক খাযবগুম
থম্মোয ফিবাক খাযবিবা ।



পঙ্খুংলমদাই মিৎকুপতা
থম্মোয শেগাক কাযহনবা
খোইযুম নংগী নোংদমলা ?
চীংঙু নংগী নোংদম্না
লোক্তাক লাইজ ঈপাকসে
নীংশিং তাবু হাংলগা
মিৎকী পিনা ৱাখৈবে।

অযাংলৈমা পাঙ্খোইবী-ও !
কাযন মৈচাক খঙদবী
কবিগীদমক থৌবাংলুই
হংজীংগী লিলা খুদিংদা
পিবাংনা পোলোইনহনবা
থুংনবোইদৌবা নুংশিবা ?
পঞ্চিবমদাই যৌবকাল
খাইন-মৈশা লাংহনববু
নুংশি শাবেপ ৱাংহনববা ?
লোক্তাক লাইজ ঈপাকসে
চোলহল্লগে খনববা
মিৎলু পিবাং ঈফুৎনা ?

লোক্তাক নংগী ঈপাক্কী
লাইজ ঈবোন্নুংসিদা
নীংশিং চক্র উঙলুবা
নৌব' যেন্নিং হুল্লকলে
শহী মৈতাল ওল্লবা
চাকথেকখ্রবা থম্মোযদা।




লৈনাগুম্না থোংলবী
মাযথোঙ থম্বাললক্তগী
অদুঙৈদগী ঋাংলেন্দা
লোন্না হূনা যেংলকপা
তথক' শজি মিত্তানা
নুংগুম্লবা থম্মোযবু
লশিংগুম্না থোৎহনখি
পূক্লিং নাবেং হূক্কুনা।
তাম্নাগুম্না মেঙলবী
যাব্রা খোঞ্জেল অমদা
হিমালযগুম লমকেৎপা
ঋাংল' চীংজাও অমবু
যাতাহনখি ফুম্বংনা
উল্লেন মতূম ওন্দুনা
ঙকইদকো ! ঙকইদা !
নুংশিদকো পুন্সি নং !

তাবোলাউনে খোঞ্জেলসে
লোক্তাক নংগী খোঙবান্দা
তাম্লবা লোইজিং লোইযাদা
তমযাগী খাবি লৌবুক্তা
ফৌগী চবোং চুম্লকপা
লোইমোম খোইঙাং শাবকাল
নূবা শাহ্মলেম্বীনা
যাব্রা উচেক ঙাকখিঙৈ
" হা উবিৎ নাপঙবী
যা যা হোই যা ...!"

লৌঙাক শগাই পাবলথক
খুবাক লাইখন শাদুনা
থোংনাওঙন্ব মৈদিগোল
মশাবীগী মাযগৈ যেং
খুলং ঈশৈগী শৈহেক্তো
শক্লিযে তাবিযে ঙসিসু ।
পম্ভৌ ঙমসি তেমশীংনা
পলেম থেমসি ব্বাবেপ্পা
শবি ব্বাশকনখিবা
পম্ভৌ লিংজেন খাবনা
পাখং লুবেল ককখিবা,
নূবা মাসু মতোমতা
ঈমু ফিবাক খাযদুনা
পাম্মু হৈনা তুংইনবা,
নূবা পাখং অনিগী
থব্লায মিবেল অনিনা
কোকিল তাম্লাগী শাইওন লৌ
পাৎকী লোইজিং লোইযাদা
লোক্তাক লমদম যেংলগা
নুংহীক্লনা খোংলিবা
কযাদ পূক্লিং নুংওনবা !
লোক্তাক ইমা নহাকসে
ব্লাকৎফমনি, তেংথাফমনি
অপাম নুংশি ব্লাযথুংদ্রবা
শাবী শানৌ খুদিংগী ॥

****

## ২. লিক্লাই কদাংশোয

নক্লা তোমথিন ঙাল্লিবী
লম্লেন তাকমু ঈথিংখোং
লিক্লাই কদাং মশোযবেল
নূবা পিদোংনু মহাক্লা
থমংখোংদা ঙাফাওঁ,
ঈখৌ লাংবা নোংইন ওই
ঊবা নহা খোংজোম্বা
ব্রাকযৈ হিবেল তোংদুনা
নূবা খোঙ্গুল লীবকওঁ.
হূবীদাক্কী নুংশিৎ অকনবা
চোইনা তাবা লিক্লাংবু
শাফোঙহনগে তেমশীংবা
লিক্লাই কদাং শোযবেলদা
ঈঙাক পাক্তক্লখিবা,
চীংঙুই থৌশিল খঙদবী
মশানৌ পিদোংনু মহাক্লা
নুংহীক্লনা কপখিবা
পাৎকী থম্বাল খিবিকসু
শিঙেল মন্নাক চামখিবা
নীংশিংলক্লে নৌহৌনা
লিক্লাই কদাং শোয়বেলগী
থম্বাল লৈচু য়েংলগা।
অযংলৈমা পাছোইবী ।
চীংঙুগী থৌশিল তাক্কুনা
নূবাই খোম্লেন মঙলানচান

থেম্বীযুনে অমুক্তা
নিংঙোল মাগী তেংথাখোল।
মপুই কংলা ৱাযেন্দা
পলেম তোনু শাফোঙলক
লংজিন কিশি থোক্তুনা
থাঙগী থাঙমায অনিদা
কিশিগী পাউখোং চনখিবা
কদেং মাগী ৱাকৎথাঙনা
কংলাগী লিক্লাই থূম্বীদা
থাঙফম অহুম হকখিবা
চোইনা তাবা লিক্লুনা
কেকু ফোঙখি নৌহৌনা।
অকাউ পবৈনুংদগী
নীংশিং খোঙ্গুল লীকবা
নুংওল্লেনে থম্মোযসে
লিক্লাই কদাং শোর্যসিগী
থবো থম্বাল উবগা।
তনৌবির্বা নুজাগী
চোইব' শল্লাং মকমদা
পিশুম লীকং কোন্দুনা
মিৎয়্না থম্বাল নীংথিবী
মিৎচি তেনবু কাপ্লকপা
শাদানবগী তেনজিন ওই
থম্মোয থূম্না লেংদুনা
খোঙবু থাংবা ঙমদবে

তেনবাল্লবা শজিগুম,
লিক্লাই কদাং শোয়বেলগী
থম্লা খোঞ্জোং মকমদা
পুশ্মুম্লবী থম্বালনা
খোইকুম মোমোন তৌবদা ।

হে লোক্তাক নুংশিববী !
ঈংলবা নংগী লাইজসে
তাবুনুংগী ব্রাবীসে
থল্লে নুংশি অমৃতনা ।
নংগী লাইজ ঈপাক্তা
পৃক্লিং ঈথক হৌবকপা
পাংকী থবো থম্বালবু
থাদোই পিদোংগুম উদুনা
খুঙ্গং চনুবা খিবিক্লা
কোনু তোনু ওন্দুনা
পৃক্লিংসে খৌশাবক্লিবা
নুংশি শাহুম অকনবা .
ওন্থোক্লা মঙাও থীখ্রেদা !
কংশিনখ্রবা লাইজনা
ইঙা নোংজু ওল্লকপা
ঈপাক ওল্লে থম্মোযসে
লৈতাদ্রেনে পৃক্লিংসে ॥

****

## ৩, সেন্দ্রা চীং

মাঙদা উবিবা চীংশাংসে
নাবেং হূৎলবা লাইবেলগুম
ঈযাযদা শাংদ্রোং তাবিবা
সেন্দ্রা ঈথেম চীংশাংনি।
খম্নুং শান্না তানম্বরা
নমু তাইবং কনাদা
তবেৎ শেঙ্গা কত্তুনা
ঈপাক ঈযায লাল্লকৈঙে
শেলগী শেলযেকশিংদুনা
ঈপাকযাযদা তাখিবা
' শেনতাবা ' হায়না খঙনবা
মাঙদা লৈবে সেন্দ্রা চীং ।
পোইবৈ লমদমসিদনি
লুন্নাং নিংথৌ লৌশিংবা
থাঙতেক শুকনাইবগী মহাকথক
খুমন মোইবাংগী তেংবাংলৌ
লোক্তাক ঙানৈবা হাকথক্তা
চাংড়ু নোংদ্রেন পাখংবনা
পাউবিলাইগী শাইওন লৌ
নমু শাবাক তম্নকপা,
লৈত্রেং ঈশিং চাইবগী
নাইতোম পোকপা মপাবী
চহুই লৈবোংপাম্বগী
যাইবী মিবেল কন্নবা
কবুই তোম্বা মাইববেল

## লোক্তাক শৈথাবোল

থাংজ তবেত্তা শাবা থাঙ
লোংশা মাপল লোঙবা লোঙ
পাউবিলাই যাইবী লৌখিবা
চীংঙু মাগী যাথোকফম
তাকমু সেন্দ্রা ঈথেম চীং
যাতাবিযে লেপ্লিযে
সেন্দ্রা ঈল্লাযকোনসিদা।
চীংগা নাপোমথক্তুদা
লাইওইববা তকং পাম্বীনা
চহুই মাগী শক্তম নৌ
খোঙনিং কাঙ্গাং লেপ্তুনা
খুৎলাম তোযনা কৌবিযে
সুনুলেম্বী মশানৌ।
নীংশিং মযোল চোংলকপা
লোক্তাক নংগী চীঙ্গোযবোল
নিল্লে নুংশি যাবানা ॥

****

## ৪. তাকমু পাৎকী চীংশিং

লিক্লাই কদাং শোযবেলগী
থবো থম্বাল খিবিকপু
তাশিকোলগী লাইবেলনা
নৈহৎখিনি মতাগুম
খা মৈবম পাংবদা
চাংদুম্নাশিংন পান্ত্রাক্লি
ঈপাকযংযদা লেপ্পুনা।
মেইদাং নংথৌ পুবিৎলাই
সনাহাপ্তবগী হাকথক্তা
মনাও যাওশুবাকপনা
নামেইজাম্বা মীনুখাও
যাইবী থরায লৌনবা
তিমেল তাবোল খৌশানা
শাব শোনা খৌদম্বা
যাওশুবাকপা খৌদেম চীং
লেপ্পু লানশীংনদুনা
তাকমু পাৎকী ঈযদা।
শেম্বা কবো মযানমাই
পাম্মু নুংশি শেংনচৈ
লাংলেন থাদোই মহাক্লা
মপাম লমদম যেংলকচৈ
নূবাগী মিৎলম থৎলুবা
খোংজাইওম্বা নোংথোল চীং
খোংজাই চীংমী লোইথাচাং
নূবা মাগীদি বৈবি চীং

## লোক্তাক শৈথাবোল

মৈচাক্তা মৈচেন্নদুনা
লেপ্লি মদোম তুমিন্না
নূবাগী শাপ্পু ফংববা ?

নূবা ফিবুল ঙাইবন চীং
লাই পাখংনা হুল্লগা
ল'ই নূবানা ওকপা চীং
লাই নূবানা হুল্লগা
লাই পাখংনা ওকপা চীং
নূবা'শিংগী ঙাইনচীং
নূবাথেলগী চীংদুমসু,
নিংঙোল পূক্লিং খঙলবা
না'প্পচীংগী চীংমাযসু
চিন্তা মোনখাঙনবিযে
নূবা'গী মৈচাক খঙববা ?

পোংলেনহনবা মহাকথক
খোইযুম লংবা যাখমলোয
লাই তবেৎকী লাইরুপকা
কেংে মোবি মাইবগা
চীংগী নাপোমথক্তদা
লেপ্তুনা ব্রা তানবম্বা
মোবি লেপ্পা চীংদুম্না
লাইহৎলোনবু তাকলিযে
তাকমু পাৎকী চিদাইদা।
নোংযাই থাদোই অনিনা
পাম্মু নুংশি ব্রাযথুংঙৈ



ইনুং মমৈ রাযবকাল
সতিগী চাংযেং তৌঙৈদা
ঈমু ফিবাক খাযদুনা
খুমন লাংলেন অনিমক
খম্নুং শারা তানখিবা
থরায মিবেল অনিনা
ঙানু থঙোংগুম চীল্লোক্লা
ঈপাকযাযদা যাতাবি
হনুবা চাংগী চাংজিন্না
ওন্ন চাংবু চিনচৃপ্পা
নেমনোম জগোয শাবিযে
পাংবী ঈথক ইপোমদা
শেংনফদে মতৌনি।
নূবা মাগী মহাকথক
শামু খোঙদা যেত্তুনা
ঈঙাং পাক্কক্লখিবা,
লাযব' লমজা মশুংলাং
কবো লোইদা কৃমদুনা
লৌশী পাত্তা লোংখোনবা
চীংঙু মাগী নোংদমখোল
লৈপুন রাংলেন অতেং
শাংদফদে থৌদৌনি।





****

## ৫. কোম্বীরৈ হৌবী

তাকমু পাৎকী ফিবান্দা
খোংজাইঙম্বগী মাঙজিন খোং
কোম্বীবৈহৌবীগী চাইগোন্নুং
শানৌলক্তা শকহেনবী
নূবা যাইদিংকোনুগী
শাক্কী লৈবাং কোম্বীবৈ,
খম্নুং নিংথৌ খোংঙাবেন্না
নূবা মাবু পামজনা
তালোয ওইগে তেমশীংবা.
লাইবক্লেন্দা লৈবিঙৈ
খম্নুং যাথং কিবনা
মিৎযেং চোইবোঙ তেমশীংহন
পিবুক হোংলোই শর্বহন
নূবা খুৎনা থাবম্বা
কুমগী নোংলেন কুচুমান
কুহি কুচু কুম্বান্দোং
কুমজেং কোবী কানা শাৎ
কোম্বীবৈ কৌবী লৈবাং-ও।
মীবক্লেন্দা শাইওনঙৈ
চীংঙু থাংজীংগী লিলাদা
নূবা পূক্লিং খোযদানা
শাম্বা নহা লমগানবগা
লৈপুন ওইসি তেমশিংঙৈ
শিঙেল লৈচু হোংলকপা
লাইম নুংশি খঙদেদা।



# লোক্তাক শৈথারোল

খম্নুং মাগী চৈবাক্লা
অমং যাইথোঙ কুমখিবা,
লম্লেন রাযখোং লমদমদা
ইঙেন থুম্পাক শুংখিবা
শাবী মমান মচাসু
মশানৌ তুংইন্নখিঙে
কোম্বিবৈ কৌবী লৈবাংসু
যাবল পাত্তা লোৎখ্রবেতে !
লৈবাং খেঙ্গুল তাবমদ্রে
কোম্বিবৈহৌবীগী লৈকোন্দা।

মোইরাং যাওশু চীংহলনাই
পোইবৈ খাবম পাংবদা
খোইযুম যাখমলোয তবেৎকী
থরায হকচাং পুম্নমক
তাশিনখিবা তাশিকোল
লাইকপ্পুনা শাইওনবা
তাশিকোলগী লাইবেলসু
লাংপুম কাপ্পোং মবজ্ঞা
খোইযুম মথি ফোংদবে
নূবা যাইদিংকোনুগী
কাযন মৈখু রাযনবা ?
শিনসুহনবগী শক্তম লৌ
নাপ্পচীংনা তেংথাবি
নূবা পাখং অনিগী ॥

****

## ৬. লাইশোয় পাং

ওহোক্রসু চীকখ্রেদা !
যাওশুবাকপগী উকম পাং
মাযথোঙ মকা লামদ্রবী
লাইশোয পাং-ও কপচেৎপী !
কিববোইবে নহাক্তি
যাওশুবাকপগী খৌদেমখোল ?
খোযোল নৈখোঙ কাযহনবা
লংবা যাখমলোয তবেৎনা
অকি তুজুংহনববা ?

খোংনাংহৌবীগী চীংদোন্দা
অতিযা তেমশীংনবিবা
রাংল' পামেল ফৈবাথক
লমখুনু চেকলানা
মপাং কনা যাওদনা
কুক্রু কুক্রু খোংলকপা-
লৈতাম পাৎকী লমলোঙদা
তীনমু লাইমু থেংনঙৈ
মশানৌ নাক্তা চেল্লকপা
হেঞ্জুনহাগী থরাযনা
নূবা মাবু নুংহিক্রনা
যাবা পাউমেন্নববা ?
পাৎকী হূপ্পৌ লক্তগী
লমগী তিংঙি অমোমনা
নাহেখোলগুম কপ্লকপা-

লাইবৌলেম্বীগী মিবেলনা
খম্নুং শান্না তানখ্রবা
মশাবীবু চেৎনা কোন
তেংথা ঈশৈ শকপবা ?

অযাংলৈমা পাম্ভোইবী ও !
যেংঙম্নোইবে নহাক্তি
নূবা পাখং অনিনা
লিক্লাং চোইনা কেনবগুম
শুমাঙ ইচুম তাফমদা
অমং যাইথোঙ কূমলিবা ?
শাবী শানৌ অনিগী
ঙাইঙমদবা মিৎকুপ্তা
রাযথুংফদে মতাগুম
কবিগীদমক কাইহৌকই
খোমলেন মঙলানচান্দবু
যান্না পাউমেন্নহন্না ?

লাইশোয পাৎ ও নুংশিবী !
নাউকোল্লিবোই নহাক্লা
হেঞ্জু পোকপী পলেমগুম
নূবা পাখং অনিগী
থন্নায মিবেল কোন্দুনা
মথং মপোক লাংওন ঙাই"॥

****

## ৭. ঈথিং চীং

ঈপাকযাযদা নুংশুক্লনা
মাঙদ লেপলিবা চীংদুমসে
কাকযেন মীঙন্বা পাঙ্গলবা
নমু পোংজেনবগী শাইওন্নি।
মশা শাগল নাম্মনা
ঈপাক্কী পনবু থিংলগা
লেশ্লে ঙাযাম তক্ল ফা
ঙাগী ঙাব্ধ মপৈনা
ওন্ব চীংদা ওমশিনবা
লাইওইববা কাকযেনগী
শাইওন চীংনি ঈথিং চীং
মৈদিংঙু যোইমোংবা তেলথৈব
তাউথিংমাং মচিন মনাওনা
লীবি তেনগা থোংদুনা
মশা শাইকুং ককপদা
ঈপাক ঈবমসু থিংখিদৈ
ঈথিং কোশোযনখিবা
মীঙন্বগী শাইওন চাং
মাঙদ লৈবে ঈথিং চাং।
হূবীদাক্কী যাঙবীথক
মীযাম হূপ্না যেংখিবা
কাকযেন মাগী ঈখেংনা
তাকমু পাত্তা তাকখিবা
লৈবে তাকমু ঈথিং চীং

তাউজিং হৈবাং হৈযোক চীং
লৈহাউ লৈবেল লৈযোক চীং
নুংশুক্লনা লেপ্লিযে
তাকমু পাংকী পঙ্ছিং ওই।

চীংমায অহুম লোঙলিবা
চীংগী নাপোমথক্তুদা
লৈহাউ লৈবেল ব্রাংথোইবা
লৈবাং চবোং চবোংনা
উনাবক্তা লোক্তুনা
পুম্মুম্না শাংলিবা,
চোইব' শল্লাং লক্তগী
মিংশুম হৈবী নুজানা
লোয়া' হুন যেংবগুম
নুং ওইরম্না নম্মাযসে।
ম' চুং [illegible] জা' হবাওইঙে
মোইবাং চনুবা কযাগী
শর্মাডা নাচোম ওইনবা
[illegible]নম্না চীংমাদ শরা শন
চিরু লৈশাং তাল্লিযে।



লোঙ্গুম পাংকী মালংবা।
থাঙ্গ চীঙ্গান লান্দুনা
মোইবাং লাইজি পাংলকপা
পুবিখোনে নহাক্লা
চীংঙু থংজীংগী মকাদা
শিঙেল মাগী পাউদমখোল।

## লোক্তাক শৈথাবোল

ঈথিংগী হৈকোল নিংথিবা
হৈখল শুনা ফংলিবা
হৈবাং পাম্বী মখোঙদা
কোবৌ মৈশা উকম লাং
নূবা পাখং কযানা
লোক্তাক লমদম যেংদুনা
পূক্নিং মকা ফল্লিবা।
যৌবনগী নোংলৈ অঙাওবা !
ওম্থোক্লা মখোঙ হূক্তেদা
কংশিনখ্রবা উপালদা
অনৌবা যেন্নিং হুলহন্নবা
লৈতাদ্রেনে থম্মোযসে।
চৎলগে ঐদি লমদম তাম্না
থম্মোয কিশি কিবদুনা
খৌশাবকপা পূক্নিংবু
খূর্জি চেৎনা পাযদুনা
মীরা মৈশা লাংদবা
থৱানমিচাক্কী লমদমদা।

খৌশাবকপা পূক্নিংসে
থৌবী কোঙ্গোয হূত্তুনা
উচূক যৈনা পুল্লমগে
শামুফাবী কাচিন্দা।।

****

## ৮. কোমজিন, ঙারমচীং

লন্নেন তাকমু ঈথিং খোং
হমব্রুহৌবী যেনা পাৎ
পাউবী শলাং যৈন-পাৎ
যুবানমতোন শৌশৌবী
মিৎযেং তুংওইনহৌবে।
কোমজিন চীংলক লাল্লগা
থাঙ্গ চাংগী শৈহৌ ওই
নুংমু যাবী কাণ্ডদুনা
তাকমুগী লাইজ থক্লিবা
মাঙদ লৈবে ঙাবম চীং।
লুব্রাং লোইনাই যাওশু তানবনা
যাম্বৌ শাদানবা লাকৈভেদা
নোংলৈ নুংশিৎ অকনবা
লুবাং মাংগী কোকশেৎ ফি
কোমগোম্লনা শাগুমঙৈ
কোমলে চিন্দ্রে হাযদুনা
কোমজিন মিংথোন্নখিবা
চীংজিনসিনা খোঙনীং ওই
যাতাবিযে ঙাবম চীং
ঙাবম পাৎকী পাৎপান্দা
শামু যাইশা কূনবগুম।

লৈশেমঙৈগী মতমদা
গুক শিদবগী মপাবী
খুব্রাই লুব্রাই অনিনা
থমংখোংদা ঈবানঙৈ

গুরু মাগী কাযদোং ঙা
শাবেং পুহান নিংথৌবনা
খোইযুম লানশীংনরুবদা
চীংগী লেমলৈ ঙাচাপুংদা
শাবেং মাবু ঙাচাখি।
চীংঙু গুরু শিদবনা
চাফদবা শাবেংদুগী
ঙাগী ঙাবম থিবকৈঙে
ঙাবম মিংথোন্নখিবা
ঙাবম চীঙ্গোন হায়বক্রে।
ঙাশেমপুংদা লাইবক কৎ
ঙাচাপুংদা হৈবাং কৎ
চীঙ্গোযবোনবু শকলুসি।
নোংবান তুরী লৈমরী
নঙ্গলযাঙবা শাবাবা
অঙাং নত্রা মহাক্রা
শিংনাং তেনবু কাপ্পুনা
খুমন লাহেংনখিবা
পোইবৈ লম্মদমসিদনা।
ঙাবম্ম পাংকী মিংশেল যেং
ঈংনা তোমথিন লোপ্লবা
লাঙ্গোই শামু মানবা চীং
নিংথৌবীদি চীংদোন্না
শামু কোক্লেন ওইবা চীং
লৈমবেলগী চীংদোন্না

শামু নীংদু ওইবা চীং
ঙাম ঙাম হুইথবক্লিবা
লোইবী মাগী নাপোম্না
শামু নাতোন শাবা চীং,
চীংলৈমগী যাতাফম
মোইবাং নিংথৌ পুবিৎলাই
সনা বৌখ্বাগী মহাকথক
যাইথিংকোনুগী মমোল্লোই
নাহা থোইনু মহাক্না
পলেম খোঙ্গুল লীবকাইঙ
কেপে মোইবাং লমতাক চীং
লেপ্লবেনে ঙাবম চাং।
যেলহৌভেগী নাংওন্দা
মোইবাং চনুবা কয়ানা
পংকী লেমলৈ ডাফভৈ
লোক্তাক খোঙ্গুল লীবকপা
থবাক লাইখল শাদুনা
ঙাবমচাংনা যেংলিযে
মোইবাং লাইজি পাংবদা।
নাপোমথক্তা হৌবিবা
হৈযেন হৈত্রোই পাম্বীদা
তেনবা শঙ্গু শঙ্গুনা
লাইশোন ঈশৈ শক্লিযে
চীংঙু মাগী মিংথৈবোল ।।



****

## ৯.থমংখোং

ঙাখাপাৎকী পাৎযাযদা
লোইবী থাংপা ঈতৌ খোং
খুয়োল শাগৈগী শোযচাফম
থমংখোংগী চীংলক্তা
শাবেং পুহান নিংথৌবনা
খোইযুম লাইযাম ঈবানফম.
লাইবেন্থী কনাগী শম্লাংনা
ঈপাকয়াযদা চোইনা শন
চেংহী শম্বাল লাংবগুম
থমংখোংগী খোংনাংনা
লাইওইববা উপালসিনা
ঈপাকথক্তা লুকক্লনা
লাইজ ঈবেল চূপলিবা.
খোংনাংগী উফৈথক্তুদা
লাইনিংথৌগী তাংবল মাল্লবা
উবাংসিদা নমঙাননা
খুমন নোংযাই খম্বনা
ঙাখাবৈমগী ইঞ্জিংফমদা
থাদোই মাবু চিংনা যেং
নুংশিবা বাশীগী সুবদা
পূক্লিংগী মপাউ তমখিবা,
বাঁশী খোঞ্জেল তাবদা
"তযুম শেনু অচানবী
ষণশেনঙৈগী মতমদা
পম্বৌগী মাঙ্গোল খোঞ্জোলাং
চবৈ যোংখম মাঙদা থা



কব্রং লংজা শেমলিঙৈ
নুবাগী মিবেল হূখিবা,
পম্বৌগী শিল্লংফমদগী
চেংপোত্তা মাইবেল তোপখিবা
খোইযুমগুম্না শকহেনবা
লাকখিগনি হাযবম্বা
লোইদাম কুমজা হৌখ্রফাও
চীংঙুগুম চীকমাঙনখিবা
শকখঙদবা পাখংদো
মানিনহাই অচানবী।
মাঞ্জে মাবু উদঙৈ
অৱাৎপতা ইশকুক ওই
কম্বীথক্কী লেমলৈগুম
নিংঙোল মৈচাক খাঙলকপা
কূখিনবোই থংজীংনা।"

চীংলক্কী নোংলৈ মাযথকপা–ও!
ওল্লোক্লা মঙাও থীখ্রেদা
চীংঙু মাগী থৌশিল্লা?
পাঙজদবা থম্মোযবু
নুবাগী হঙ্গেল খোংজিনুংদা
লেমলৈ ঙাবু ওইহনবা!
নুংশি চিঙ্গোযনজবা
হার্যনিংবসু ফুম্বংনৈ
যেংনিংবসু যেংঙমদে
নূদা চঙবা লিলহাগুম
নোংযাই উপাই লৈখিদে



লাইজনুংগী মিবেলদা
ওইনজবা নত্তনা।
নিংঙোল পাখং অনিনা
লাইজনুংগী মিবেল যেং
নুংশি পিবুক হাংখিবা
চীংঙু মাবু শাক্ষী থম
শবি পন্দোন লোমখিবা
অদুঙৈগী ঈবেলসে
থমংখোংগী লাইজসে
ইপোম হৌবি ঙসিফাও,
তাবক্লে বাঁশী খোঞ্জেলসু
যেংউ, কযাদা নুংওনবা !

কুমওন চাত্রেৎ হৌখ্রসু
অকাউ পবৈ চনঙমদ্রবা
ফোঙদোক্তবা নুংশিবা .
থনুং রাশ্মৈ চাকলকপা
থল্লমগে চীক্লা মফমসিদা
থমংখোংগী ঈযাযসিদা।

মাঙদা উবিবা ঈপাকসে
থমংখোংগী ঈবেলসে
নুংশি পিবুক হাংনফম্নি
ব্যাশক পবৈ চন্নফমনি
ফোঙঙমদবা নুংশিবগী ।।

****

## ১০. থাঙ্গ চীং

নুংমু শমজেৎ লোল্লগা
লৈঙাং চবৈ থোনবা চীং
যাঙ্গেল শুমজিৎ মপালনা
শল্লাং ঋাই ঋাই তাবা চীং
খোঙযা লৈবাক শৌবগা
খুকউ লৈতা’ লাইবক কৎ,
থমংখোংগী খোংজিন্দা
লাইভ ঈবেল চুপলিবা
থাঙ্গবাকপগী লাইকোন্না
কোক্লেন লূহুপ উপ্লা চীং
থাঙনা কাবা থাঙ্গ চীং
শেল্লোয নীঙ্ত’ যাতচীং
খোইযুম লাইযাম চাক্তা চীং
লৈবে যৌবে লাইফম চীং।

যেলহৌঙৈদা অদুঙৈ
হোংনাং তখেল মপুংযাই
তখেল সাকুল লাযববনা
তবা চেংজেল থিঙৈদা
লাইওক্লখিবা লমলৈমগী
চবৈ নমথাং চেৎনা লোৎ
মবানযাইদা পুবক্কুনা
তালোয মকম্বী ওইহন্না
হৈবাং হৈজামিন্ননা
লৈবাং লৈচিনমিন্নঙৈ
খোইযুম মাগী নোংদমখোন্না

মপাবী অমা শাৎল' কাল
মশানৌ লমলৈমদুদা
চবৈ ফিহনবীকুবা,
মপাবী নাবা হুন্দোকলম
খোইয়ুম লাইওনখ্রবদা
তখেল সাকুল লাযববদু
অঙাং নাবা নমদা পো
পিদোন্ননা নাউযোকখি।
নোংমগী কোবৌ নোংজাদা
নাবা মাবু নাউশুমলম
তখেল সাকুল লাযববনা
তবা চেংজেল থিখিঙৈ
অঙাংগী তেংথা মীকপখোন্দা
পলেম লমলৈমদু লাক্লুনা
নাউথেশ্লীববা তুংদুদা
যাবা পাউমেন্নবম্মী—
''হযেং ইনুং ঙাল্লকপদা
নযুম থোংনাং মপুংযাইগী
লাইজ ঈবম অচৌবদা
তুবী লাইবেল পাফলবা
খোইয়ুম চিবোঙ হাইনাইবনা
লেমলৈ ঙাযাম তুংদা ইন
লাইজ ঈকাবকঙৈদা
তুবী লাইবেল মহাক্কী
চিবোঙ মুক্তা যাইতোমপোক

খুৎশম্লনা লৌজহৌ
ব্লাত্ত' চেংজেল হুন্নবা ।"
পলেম যাব্রা তুংইন্না
লাইওইবা অঙাং নাব্রানা
চিবোঙ মুক্তা শৎল' তুং
থাঙলেন যাইওইবা ওনখিযে।
ঈবাং থৌনিজদুনা
লনগৈ পৃক্কে চোনখিযে।
পাউনিলখোলসি যৌখবে
থোংনাং তখেল নিংথৌবেল
সোনামনিক্কী নাপদা।
নিংথৌ মাগী শাবৌলাংদা
থাঙগী থাঙহুৎ লৌনম তৈ
চাংঙু থাঙলেন যাইওইব
মতিক মঙল হূখিবা
লৌনম শিন্দম থাঙলেন্না
মেইবাং নিংথৌ যৌনফাও
লৈথাক পল্লান্নবকপা
মীনম শোবি যাদবা
চীংঙু থাঙলেন যাইওইবদু
মতিক মযায পূম্বা খোম
নোংদেল লান্না পাইথ্রগা
লোক্তাক্তবু তাখিযে।
খোযোল খাঙ্গকুংবা মশোযবেল
মাউবী উঙাম ঙামচাউ শোয

থোংনাং কাউশুম শৌবালূদা
চঙখি থাঙলেন যাইওইবা।
ময়াই কনবা ওইবনা
লূবেল মবুক ফাওনা কক
চীংথক্তবু কাখিযে।
থাঙলেন্দুনা কাখিঙৈ
থাঙ্গ চীংবু লমথোনখি।

পোইবৈ লমথোন অমদনা
মোইবাং খাইদেম লৌথিবনা
যুমগী তালোয হৈবেম চনু
লৈমা লুব্বাংখোম্বীবু থাদোক্লম
নোংবান ফাম্তেক চনুগীদা
লৈবাং লোন্দিন্নখিঙৈ
হৈবেম চনুগী মবুংহল
হৈবেমচা কবো ৱাবৌথিবনা
মখুৎশু থাঙলেন নূঙদা ফেঙ
পাৎকী চীংথক্তা কাদুনা
মোইবাং লৌথিববু ঙাইখিবা চীং
থাঙলেন পাযনা কাবা চীং
থাঙ্গ চীংবু কৌখিযে।
মাঙদ লৈবে থাঙ্গ চীং
শেল্লোয চীংমাঙল লংমাই চীং
নাপোম তবানিথোই শুবা চীং
নোংথ্রৈ মউ লিংবা চীং
লেপ্পবেনে মিৎমাঙদা।

খোঙযা লৈবাক শোক্লগা
চীংজিন লাইবক কত্তুনা
চীংগোয’ তাবু হাংলুসি।

খোইযুম লাইযাম চাক্তাঙৈ
লম্লেন হৌবী চীংদোন্দগী
খোইযুম চাইবেল্লাকপগা
চীংঙু লোক্লুংথৌ মহাক্না
খুবাক লাইখল শাদুনা
পোইবৈ লমদম যেংলকপা
লোক্তাক ৱাংফুবেল মযাযদা
মুক্তা তোমথিন ঙানবগুম
পাৎকী চীংদুমথকসিদা
যাতাকসি ৱাবেপ্পনা
চীংনুংহুৎকী লমদমদগী
চকপী তাংজেং ফাওদুনা
হিযাঙ হিদান্নবকপা
খোইযুমশিংগী খোযদা চীং
চীংঙু অনিগী হিযাঙদা
হৈবাং লৈবাং খুদোল তম
যান্না পাউমেন্নজখি
ৱাংঙু তম্ফা লাইবেম্বী।
হিযাঙ মাঙজিন থাবকপা
চাইবেল্লাকপা খোইযুমদি
পজেং থেৎপা হান্নবা
লাইবেম্বীবু তুংওইখি।

## লোক্তাক শৈথাবোল

চীংঙু লোক্লুংথৌনদি
তাউজিং হৈবাং চামিন্না
পুকমেন পাউমেন্নদুনা
অব্রা পোত্থামিন্নখি
ব্রাংলেন মিৎকুপ খবদং
নাপ্পচীংগী চীংখোঙদা।
চাইবেল্লাকপগী হিবেলনা
খোবিদাক নোঙ্গাংখোং নাকোইননা
পম্বুং মাযগৈ তম্লিঙৈ
চীংঙু লোক্লুংথৌনদি
লাইবেন্থীগী যাম্ব লৌ
উঙামেনবু ফাওদুনা
চীংমে চীংশোং থাবনবগী
মোম্ম তবালু মহাক্কী
ঈশোক থেলবু লান্দুনা
ইঞ্জিংবী খোংনুং শল্লগা
থাঙ্গ চীংগী নাপোমদা
ফিবাল্লোক্তা পজেং থেৎ
খোইযুম নামুংবগী মকাদা
চীংগী খোযদৌ মকদা
চীংনিংথৌবু ওইখিদো।
ইকাই শেঙ্গোয নংলবা
খোইযুম চাইবেল্লাকপনা
চীংগী মনম অমদা
লৈঙাক খুভম শেমখিবা



চীংনিংথৌগী খুভমগা
খোইয়ুম চাইবেল্লাকপগা
খাব্রং চীংজেং যাংদৌনা
লংদাইফমবু ওইদুনা
কজেংলৈগুম লৈতেংলি।
চিংঙ্গু লাইযাম খুন্দা চীং
হেদো মখে লাংফদা
লুহোংফানবু ফমফমদা
দোলাইথক্তা তোংফদা
খোইযুম লাইগী যাতাফম
লাইবেল মথেক শাদুনা
ঈবোন্নুংদা যাতাবি
চাংঙুশিংগী খুন্দা চীং।

লোক্তাক নংগী মাযথোঙসে
খোযলাঙনফম ওইববোই
চাংঙু লাইযাম খিবিক্কী॥

****

## ১১. সমুক্লোল

থাঙ্গ চীংজাও মশাইকোল
থাঙ্গাবাকপগী যাতাফম
চীংখোঙ লীকুং মানবা চীং
মোইবাং নিংথৌ অকোংজাম্বগী
মচল শকপী লাংনুবীবু
নোংবান নাপুবা কৌবা
ষনশেন হঞ্জবা অমনা
কেগেনা খুল্লেপকে খন
মোইবাংনা খুন্তাকে নীং
তোকমু লৈতঙ ফেন্দুনা
ম্যালেম লৈকঙ ভৌবগা
কাওবেন ষনগোন শাদুনা
লোৎলি কোল্লি হাযবগী
সমুক্লোলবু লমথোনবা
চীঙ্গোযবোন্দা যাওবিযে
সমুক্লোলগী লমদমসু।

থোইযুম থাঙ্গবাকপনা
চীংদোমপোক্তা লেপ্তুনা
থাঙ্গশোযবু ঙাক্লিবা
চীংগী নাপোম মথক্তগী
লাইজ ঈপাল লাংদুনা
চীঙ্গোযবোনবু শক্লিযে
লোক্তাক লমদম যেংলগা।।

## ১২. করাং চীং



মাঙদা উবিবা ঈপাকযাযদা
খুমন পোকপগী লমকন চীং
কবাং লমদম লমনুংশি
খাইনা মৈশা লাংবা চীং,
মপাবী মমোম তুংদ ইন
শাদানবা কন্যাদগী নাথৈদুনা
লুপফেৎ তাওফেৎ তৌদুনা
লাইজ ঈবাল্লকপগুম
ঈপাক্তা নোম নোম তাউবিবা
যেংউ উববা কবাং চীং?
লৈবেনে মাঙগী ঈযার্যসিদা
নুংশি পাউজেল পুদুনা।

চীংজিন্দা নাইতোম লেপ্লিবা
লাইওইববা মঙ্গে পাম্বীসিনা,
খুমন পোকপা লাইকোন্নুংগী
ব্রাংলবা উপাল ব্রাপালশিংনা,
কবাং নুঙখং চীংজেংগী
হৈপাল লৈপাল খুদিংনা
হাওবা যাইথিংকোনুগী
যাব্রা পাউমেন্ননবা
খুৎলাম তোযনা কৌবক্রে
কৌবক্রেনে! কৌবক্রে!

নীংশিংলক্লে নৌহৌনা -
শজিবু লাইযেন কিশি তাই
কোংবা লৈথোং ফাৎপা কাল
শংলৌলেম্বীনা শাইওনবা
হুইনিংশুম্বগী মমোমলোই
কোনু লাংঙতোম্বীবু
নূবাগী মঙলানচান্দুদা
চীংঙু থাংজীংগী মযাথং
অযাংলেম্মা পাঙ্গোইবীনা
শংশংননা উহনখিবা
মথংলেনগী নুংশি চেংলৌ
কবাংগী লাইফম মকোক্তা
ঙাংখকুংবগী মশোযবেল
খুয়োল ঙৌবী মশোযপূংদা
শিংনাং কম্বোং মবক্তা
ফুন্নাং উবীনা নাহুই লোন
তিংঙিগুম্না ঈবোৎপা
ঙানবা মানা শাইওনবা
খুম্ভৌবেম্বগীদি মপাবী
হাওবা মাগী মশক্তম ।
চীংঙুগী লীলা শোযফদ
মশাবী খোঙ্গুল লীবক্তুনা
শকখঙনখি, শবিনখি
নূবা পাখঙ ন্নাবেপ্নখি
খুযোল ঙৌবী মশোয়পূংদা।



লোক্তাকী লীব মালংব - ও !
কবাংগী নৈনম পুবদুনা
না-প চীক্লা চীঙ্গোযবিবা
লীববোনে ঈংনা তপ্লা
হাওবা কোনুই মৈচাক বাবী।
পাৎকী লাইজ অঈংবা
নূবাগী পীবুক নৌহনবা
মূৎহল্লোনে 'মুক্তদি
থনুং খাম্বী মৈচাকসে।

হুইনিংশুম্বনা শাদানঙৈ -
খোইদুম লমজাউগী খাম্বী মৈ
খুমনগী ফিজি মৈরাযক্কবা
কর্বিগী মপাউ হংলমদে
কোনু মাগী পীবুক্কুং।
নুবা মানা পামজনা
নিংভোল মোংবা মবানযাইদা
পলেম পম্বৌ খণ্ডহন্দ'
চেক্লাচাগুম যোক্কুনা
পোম্বী চেক্লা চীল্লোক্লা
শবি নমুংনজখিবা
খোইদুম লমজাও শাদান - মৈ
পাম্মু নুংশি শেৎন - মৈ
খাম্বী নংসু খণ্ডমন্দে
খণ্ডমন্দেকো ! খণ্ডমন্দে !



## লোক্তাক শৈথাবোল

লোক্তাক লান্না পাইখ্রবী
পাৎকী থাঙ্গোং নুংশিবী
খুমন মশাইকোন্দুদা
খীকথবম্মু অমুক্তা
খুযোল পিবাং পিবোযনবা
লোক্তাক লাইজ ঈবীকসে।



কবাংগী লম্লেন মদাইমসে
খুযোল ঙৌবী মশোযপুংসে
কাযন – মৈচাক খাঙনফম্লি
অপাম নুংশি ব্রাযথুংদ্রবা
শাবী শানৌ খুদিংমক্কী।
লাইফম মকোক্কী চীংদুমসিদা
মৈখু কাবক্লে নৌহৌননা
কাযন-মৈবিনা চাক্কুনা
তাঙ্গায ওনখ্রবা নুংশিবা,
পূক্লিংসু তযাং-তশোইহল্লে
মঙাও থীববা ঈথকশিংনা।
চীংহৌগী নুংশিৎনা হুম্লকপা
কম্বোংগী ঈথক হৌবকপা,
কোনু মানা কৌবগুম
কাংঙগী খোঞ্জেল তাবকপা
ঈথক ইপোম হৌবেনে
হিংলি হাযবতা ঙাইববা
ঐগী পূক্লিং ঈপাক্তা।

## লোক্তাক শৈথাবোল

তাবুনুংগী অথুপ্পা
পাইমনুংগী অবোনবা
শাৎকাযবক্কে লোইনমক
লৈযেং ফাইবে চিনবালসি -



কোনুগুম্মা তামখ্রবী
থব্বাযগী থযায ওইবন্বী
নুংশি চবোং চূন্বী-ও।
লাঞ্জদবা থম্মোযবু
মৈচম শীংগুম মৈরাযবম
খান্বী মৈজাও মবক্তা
তাঙ্গোয ওন্না খাঙহৌবা,
থম্মোয ফিবাক খাযদুনা
অমং যাইখোঙ কুল্লমদাই
নোংদোল লান্না পাইখ্রবী
পাৎকী থাঙ্গোং চেক্লাদা
যান্না পাউমেন্নখিবা
তাবিব্রনে নহাকপু ?

লৈবোন্নুংদা থূপত্তুনা
লৈযোন কংখ্রবা নুংশিবা
নৌনা যেন্নিং হুনববা
নংগী পুক্লিং লৈকোন্দা
ঐনা তৌবগুম নথন্তা ?
নহানমুক্কী মপোক্তা
কবি ইপাপ লঙদুনা

## লোক্তাক শৈথাবোল

অসুক খৈনা ৱাহনবোই
হন্দমুক্কী মপোক্তা।
তাল্লবা ৱাখলগী হিদেন্দা
মপোক ওনখ্র' শক্তমশিং
মশেল-মবাং উবক্লে
উবক্লেনে, উবক্লে।

কবাংগী ঈপাক ঈযাযসে
শাবল যাঙবীগী মালংবসে
কাযন মৈবি মৈৱাযফমনি
লৈবোন চনখ্রবা নুংশিবগী।
চৎলমদাইগী মিংকুপসিদা
যেংলমখিগে হঞ্জিন হঞ্জিন
পোইবৈ লমদম অতাম্বগী
লাইফম মকোক্কী চিদাইদা
ফিবাল মখোঙগী লাইফল্লেন
ঈবৈমগী কাযদোংফম
হৌজেং পন্দোন চীংহৌপাৎ
শুম্বল তাউবী খজি পাৎ
শাবল যাঙবীগী উপাললশিং
খুমন মোইবাং লংদাইফম।

হৌবেঙ চীংযাঙ তমদুনা
লাইজ ঈপাক লাল্লকঙৈ
লোযালমগী মালংনা

লিবি খোঙদোই হুনবকাল
ঈমায চোল্ল' ঈপাক্তা
ঈথক্লা মখে লাংলকপা
চমোৎনবা খুন্নাইগী
কল্লক-যেংথি রাখলসু
কোঙ্গোলগুম্না তাকখবে।
ঈপাকযাযদা চাক্তবা
কাংঙ থঙ্গোং উথুম্না
নুংঈক্লনা খোংবকাল
যাজিনবা ভুমদ্র' পুক্রিংনা
রাখলগী কোঙ্গোল মবীক্লা
উবোক পবেং পাইবগুম
কেযপাই কোযপাই পাইখবি
মিৎযেং পনখৈ লান্দুনা।
থরায যাওদ্র' হকচাংনা
রাকযৈনুংদা লৈহৌবে
যাই থাববা লেম্লেগুম।
পূক্রিংগী খোযবাং খোযশাউব
চামথোকখ্রেনে লোইনমক
পাৎকী লাইজ ঈবীক্লা,
থ্রীনিল্লক্তা মৈরাযবা
লকাং চুববা থম্মোযসু
ভাল্লবেনে থাজগুম
লৈচিল থাংদবা 'তিযাদা ॥

****

## ১৩. মুকাপ মাছু-ৱারোইচীং

কবাং তুংওইনবগা
নোংপোক হাবম পাংবদা
মুকাপ মাছু-ৱাবোইচীংনা
খুজেং পালোইনদুনা
থেক্ক থেক নৌগ নৌ
জগোয খুৎথেক তন্নিযে
পাংকী ঈথক ইপোমদা ।
খুমন মোইবাং লমদাইফম
নুংশি লৈপুন ৱাবিশিং
ৱাৎপা যাদে তৌওংনি।
হাওক খোইশা' তেলহৈবনা
খোইয়ুম খুনুগ্রং অমুবা
লীবি তেনগা থোংদুনা
তেনকাপখিবা মুকাপপু
মশানৌ মাছু-ৱাবোইচীংনা
নুংশি লৈপুন শেমদুনা
অনা ফমশেন্নবিবা,
খুমন মপুংযাইদগী
চীংথি চীংনা পাউহংলি,
তৎনফদ' লৈপুন্নি
মুকাপ মাছু চীংথি চীং ।
তেলহৈবা মাবু কিবনা
নম্বুল তুবেল মবিন্দুনা
খোর্দাক ঈচিন যৌনিংচিৎ

লৈই শাংনা চিংহল্লগা
অমুক তেনকাপলক্তনবা
তোখাই তানিং রাখলদা
ঈপাকযাযদা শাথূপলি
থাঙ্গ চীংজাও নাপোম লান ।
তিমেল তাযাই মচীংলেন
যাবৌ শাকং পবেং চীং
উচেক উমু লাংওন চীং
নুংমু খুন্দিন মুকাপ চাং,
মাহু-রাখোই চাংদুমগা
চাঙ্গাযবোনসু শক্লিযে
লোক্তাক মাগী মমোমলোই
খজি লোঙ্গুম পাৎযাযদা ।

খজি পাক্তা যাবেকপা
লোঙ্গুম পাক্তা চাক্তাবা
উমু উশাই উথুম্না
কাংড়ু যঙ্গোং থোইদিংনম
তিংঙি রাইনু থঙ্গোংমান
মিতুংঙাবু কৌদুনা
ঈংনা চাক্তামিন্নবা
ইবম মীবম খাযদনা,
শাংল' পুন্সি খোংচত্তা
ফুকপ কাঙলুপকী শন্নলদা
যূবকখিবা তিংখংশিং
শতোকখ্রেনে লোইনমক
পাৎকী উচেক রাযানা ।

## লোক্তাক শৈথাবোল

কল্লকচাউবগী মৈবিনা
মৈৱাযবকপা মৈশাসু
ঈংহনবীখ্রে লীক্লাগুম
লোঙ্গুম পাৎকী লাইজনা ।
মাঙখ্রে খল্লুবা 'নুংশিবা'
যেন্দায থন্না শাৎলক্লি
মহৌশাগী লৈকোন্দা ।
শাববা লৈকংলা 'সিদা
লৈচিল মপৈ উবকাল
পূক্লিং ঈযুৎ হৌদুনা
থিঙেল ঈনম খাযবকপা
পুন্সিসে মমল ৱাংখৎলক্লি
হৈনিংলক্লি হিংনিংলি ।
শুন্দ্রংদা কোইপাই পাইকবা
অকংবা খোংনাং মকফাও
অনৌবা মতোল চোংলক্লি
চেকখাযবা চেক্কী মযিদসু ।

অহিংনা ঈচিক হুল্লকপা
তাংলৌ লৈনা থেঙবকাল
ফাজিনবা ঙমদ্র' পূক্লিংসিনা
হঞ্জিন হঞ্জিন লুপলুবি
ৱাখলগী লাইজ ঈবোনুং ।
লমজাও খোন্না চাকলকপা
মতমগী মৈবিক মৈশাদা
ঙাংজেংনববা থরাযসে

মতু-মমান খীংলক্লি
পাৎকী থঙ্গোং মচাগুম ।
চৎনিংদ্রে ঐ মফম কৈদ
কেনখ্র' থন্নায মঙাসে
মিকোন-থাগোন্নদ্রিফাও।

পুন্সিগী খোঙথাং তুংহন্না
নীংশিং শাযগুপ শাযবগা
ওইনমলকই রাখলসে ।
মাঙগী মৈবিলকসিদা
খোঙকাপ মাঙজিন রাযবগা
মৈরাযবকই পূক্লিংসে।
চৎখ্রোগবা মতম নং !
খোঙজেন যাঙনা চেল্লুকো
চাকথেক্লিবা মৈবিসে
রাকচিং নোংলেন ওন্নবা ।
মতম কৌবী লাইবেন্বী !
নংগী ঈংল' খুৎনাম্না
অসুম নাউশুম্বীবগা
সনা ওল্লি ঈখেংসু ।।

****



## ১৪. ইকোপ-পাৎ

লোক্তাক পাৎকী ঈৱাংমা
অৱাং-চিংখৈ লমদমদা
ইকোপ পাৎনা থৌগল্লিবা
উবেনে তাম্না ইকোপ পাৎ।
নিংথি ঙাংবা পামহৈবা
ঙাংখলৈমগী অউন ষন
যাঙলেন কোবী চেনবা কাও
ইকোপ পাত্তা চাক্তাখিবা
কেগে মোইবাং লমদমগী
লমখোপলুগে মতৌনি।
ইকোপ লাইপল শোয়বেলগী
লাইদিকোমদা চাক্তাবা
মমৈ ফিবাল শাবা কাও,
কাওবেল মথি ফোংলকঙৈ
মমোম লংজেন থোইবীবু
খবাযথক্তা লৈহাপ্লা
লৈবোং লাইদা কৎপগুম
কাওবেল মমল লেপ্লা কাও
থক্তা শেম্বাং পাইঙমদবা
শামু যাইশাগুম পাঙ্গলবা
কাওবেল মানা খম্বব
পৃথি' নীক্লা ঈনববু
লাইব লমজা মহাক্তি
নাচুংখিদে নাচুংদে
নূবা মাগী মগুংলাং।



ঋাকযৈ হিবেল তোংমিন্না
লোক্তাক ঈপাক লাল্লকপা,
নোংদম থীবা ঋাংলেন্দা
শিমিন্নসি ঋাশক্লা
পাম্মু হৈনা তুংইল্লক,
উচিঋাগী হৈবোং মখোঙদা
শগাই পাবলথক্তগী
খোঙনিং কাঙ্গাংনদুনা
লাংলেন মানা তথক্লা
মাঞ্জ মাগী পাঙ্গল হাপ
ইকোপ লমদম যেংহৌবা,
পাখঙ মাগী পিবুক্কুং
কাওবেল চাম্মা লাকলসু
লমষন লিশিং থেংনবসু
চিংনখিদে চিংনদে ।
কদায –
ইকোপ পাৎকী যাঙবীসে
লোক্তাক খোংবান লমদমসে
উচিঋাগী হৈবোং মখোঙসে
লৈবে লাংলেন থাদোই ঙাক
উবে ঙাঙোই থোইবী ঙাক
মাঞ্জ মাগী মাযকৈ যেং ।
ইকোপ পাৎকী পাৎপান্দা
খুমন লৌখা ষনজাবুং
কেগে মোইবাং হিথাংফম
খুমন ষনগা লম্বীদা
কাওবেল ষনযাম উখিদ্রে ।

কাওবগী চৈফূ খাঙঙমদ'
অঙাং নন্না থোইনুনা
মদু নিংথৌ নমদা পো
কেগে লমদা চেনখিঙে
ষনশেনবীনবা লৈতনা
খাইনা মৈশা লাংখ্রবোই ।
পলেম পন্থৌ শেৎনবা
নান্না থোইনু কদাযদা
খোল্লাং যৌগংনববা
হাওদগোন্না কদোমদা
নীংশিং খোঙ্গুল লিবিঙে
নুংহিক্রবে থম্মোযসে ।



হে লোক্তাক য়াইফবী !
নঙগী লোইনাইদ' ন্নাবীসে
ঈবোন্নুংগী লাইজসে
থল্লেনে নুংশি অমৃতনা
নিল্লে নুংশি যান্নাখোন্না ॥

****

## ১৫. খোর্দাক নোংমাইখোং

লোক্তাক লাইজ ঈপাক্কী
লোঙ্গুম পাৎকী চিদাইদা
হাওবৈ খাদা ফিবান চন,
যেলহৌঙৈগী কুমজাদা
ঈপাক ঈবম খাইদুনা
কেগে খোবী কৌবনা
লমলেন খোংলম তাকপা খোং
মোইবাং নোংকাং কৌবনা
খোংলম তৌনা শোযচা খোং
খেবী তাক নোংকাংখোং তুবেলনা
লোক্তাক্কী নুংওন ৱাবীবু
সমুদ্র ঈপাক যৌহন্না
পাউদুমলুগে মতাওম
নাবক মোংশোং ফাওদুনা
তাংজ লিনগী শাথেক্কুম
খেক্লা খোযনা চেনখিবা,
কৈবুল লমজাও শঙাইগী
নোংপোক মৈবম পনজ্ঞাকপা
উপাল ৱাপাল পবেংনা
তোবর্বান শম্বল খাবিবা
হে খোর্দাক তুবেল – ও '
লোক্তাক্কী নুংওন ৱাবীসে
তম্বীযু নিংথি তুবেলদা
লাইজ ঈপাক যৌনবা ।।

****

## ১৬. কম্বোংফাবী, উঙামেন

হৈবেম কম্বোং অথৌবগা
মাবোয লানখুবা অনিবু
মাযমু ৱাখোযচা নাউশোযবগী
লোঙলেন মখুৎশুনা থিন্দুনা
ৱাকযৈ হিবেল হিনুংদা
কম্বোং অথৌববু ফাখিঙৈ
কম্বোংফাবী মিংথোন লম
পাৎকী যাঙবীথক্কুদা
লানশীংননা লেপ্লিযে
হৈবেম কম্বোং অথৌবা
কৈবুল চীংগী শক্তম লৌ।
ফুল্লেন তৌবাং মবক্তা
শীংউৎ-শিংনাং নাহুই লোন
শজি শঙাই খাবশাবু
নাউকোনবিগে তেমশীংলি
নাইতোম ওক্লেন তুমশৎকুম।
ঈজ্ঞিংবী খোংনুং ঈচেলনা
ফুমদি ফুমখা 'নুংদা লোৎ
উঙামেনগী শিযোমনুং
লোক্তাক লাইজ ইপান লাং
থোঙঙাকলেনবু ওইবিয়ে
কৈবুল লমজাও শঙাইগী।
যেংউ লৈবে ইনাক্তা
শজি শঙাই চাক্তাফুম ॥

# ১৭. কৈবুল, চীংমৈ, কৈরেলফাবী

হাওতক খেন্দে নিংথৌগী
তালোয লৈমা শকহেনবী
শেন্দৌ তৌঙাম হোইহোইবীবু
মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বনা
মবানযাইদা শ্যাবৌ শিন
লৈবাং লৈচিনবীখিবা,
লমন খুমগে তেমশীংনা
মোইবাং নিংথৌ মতেং লৌ
মৈদিংঙু খুমোম্বা মহাকপু
হাওতক লমদা কৌবগা
কৈবেলগুম ফাদুনা পুনখিবা
কৈবেলফাবী কৈবুলনা
কৈবল শাদুনা ঙাক্লিযে
পাংকী শক্তি শঙাইবু ।
থংজাংগী লাইবাউ কোক্তা পু
কদেং শকুংহনবনা
শাবম চামা ফানবা
তোর্ববুং লমজাও মৈথাঙৈ
খোইভৌজেংগী চীংজিন্দা
লালুবা লোক্কী লোকমাঙদা
তাউাজং হৈব্দ পাল্লবী
মশানৌ শক্তি অমোম্না
পনবান চোংসি চোংঙমদা
মৈবি লানসি লানঙমদা
ওন্না থোইনা খাঙহৌবা



মশাবী মাদি পাঙ্গলবা
খাম্বী মৈবম লান্না চোং
যেক্ল-লাঙ্গোয চনখ্রবী
মশানৌ মাবু চিংন যেং,
কাংশোইবী তুবেল খুদুংইন
শীংউৎ তৌবাং ফাওদুনা
পাবোৎ চীংগী চীংদোন্দা
চার্গনি থকনি খন্দনা
মশানৌ কাযন-মৈচাক্লা
তোর্বুং লমদম যেংলগা
পিবাং পিবোযনখিবা
যাবৌ মাগী শাপ্পু ফং
কদেং থাংজহনবসু
চহি কুমজা লানখিদে
লানখিদে ! লানখিদে !
তোর্বুং শাদানযমদগী
লানজেল্লকপা যাবৌনা
মপাং শেৎন-খাইনবা
শজি শঙাই খাবশানা
কৈবুল লমজাউ তৌবক্লা
শাথূপলিযে শাথূপলি
চীংমৈ চীংশাং মকম থূপ ।
লোক্তাক ঈমায চোল্লকপা
তৌবাং তৌজা মখোঙদা
ককঈ লাইজ চঙলকপা
শজি শঙাই খাবশানা
পাবোৎ চীংথক কাদুনা



তোর্ববুং লমদম যেংজকই ।
খাম্বী মৈরাযনখ্রবা
মপাম লমদম নুংশিবা
যেক্ল লাঙ্গোয চনখ্রবা ঃ
অমুক হনসি হনঙমদা
ঈক্লা তেংথা নাওইবি
পাবোৎ তোযা চীংথক্তা ।
ঈথায চীংজিন ঈযৈখৎ
ইম্ফাল খুগা ভুবেলনা
লোক্তাক লান্দাশিল্লকপা
যানৌ মাগী লাইবক্তে
থাশি ওইযু তমখ্রবোই ।
টিনবাল নুংশি যাম্রাখোল
খুনো হূ পূবিব
নমু তাইবং খুৎশেল্লোন
পূকচেল খৈনা তমথাদা ।
লোক্তাক নংগী নশাইকোন
তেংথাখোলনা নিল্লেনে ।

চাংমৈ তোযা পাবোৎচীংনা
মশানৌ শঙাই লাউকোল্লি
থাঙব্রেন যাঙবীগী লমওক্লা
নোংপোক থোঙবু পনঙাক্লি
ঙাতেন পাৎকী লেমলৈনা
থৌগল তৌবি অম্রাংদা

## লোক্তাক শৈথাবোল

উচানগী শন্নাং ৱায ৱায তা
চীংমৈ চীংশাং শমশোঙবা
কাকযেন শুজাগী শকওংনি
শজি শঙাই পনঙাকপা
থাঙলন মযা কুমখ্রবোই ।
চীংমৈ চীংশোং থাবনবগী
চেক্লা কোম্হৌ কাপ্ল-চীং
মোইবাং কোন্নম্বা অথৌবগী
তেনবান ৱাযব নোংমনচীং
যাতাবিযে ঙসিসু
যাবৌ শাযাম নাখল ওই ।

তাকমু পাৎকী ফিবান চন
কৈন্যা চীংজেং ফিবাক খায
যাংদৌ কৈবুল লম্বীনা
যাম্ফক তাবি পোনবোন্না
লোক্তাক শমজি খাযদুনা
লমগী চেক্লা শঙ্গুনা
নোংদোলথক্তা পাইদুনা
যাকাযবোলবু শক্লিযে ।।

****

## ১৭. কাংশোইবী তুবেল

হাওবৈ খা পাংবদা
কাংশোইবীগী ঈচেলনা
লোক্তাকপু পাউদম্লি
অকোইজাম্বা ফৌওইবী
ঙাকট্রো কাংশোই চামিন্না
থাইনবমদাই মিৎকুপকী
নুংশি পাউমেন রাবীশিং ।
লাইবেম্বীদি মহাক্লা
মশাবী মোংবা মবানযাই
নুংশি খোঙদোই হুল্লুঙৈ
ইকায শেঙ্গোয নংখিবা
পাইমা পিবুক নুংশিনা
লম্মাঙম্রগে তেমশীংবা
কাংশোইবী তুবেল তোর্ববানফাও
অকোংজাম্বনা তান্নবক
মশানৌ খোঙ্গুল লীবকপা
রাযথুংনবা ফংদনা
মথং মপোক লাংওন ঙাই
পাম্মু নুংশি তেংথাখোল
তুবেল নংদি তাবিনি ।
মৈচাক রাবী নমদা পো
লোক্তাক খোঙ্গুল লীবকপী
কাংশোইবী তুবেল–ও !
রাংলেন মিৎকুপ খবদং

## লোক্তাক শৈথাবোল

পাউদম্বীযু অমুক্তা
শানৌ মানা কদাযদা
মশাবীনা কদোমদা
পাম্মু নুংশি শেৎন-ব্রা ।
লোৎশিনখ্রগে খনববা
লোক্তাক ঈবোন্নুংসিদা ?

কংলৈ লমথোন অমদা
শৌবোন যাইবেল লৈমদি
মশানৌ মচিন মনাওনা
শাবেং খোইবী অকংবা
কাংশোই থোংনা চম্মিন্না
খাবি লৌতামিন্নৈঙে
লোক্তাক লমদম যেংমিন্না
নুংশি ফিগে হাংন-ব্রা
লুব্রাং লোইনাই নহাদি
যাউশু তানবা মহাক্না
অব্রায অখুম পাউখোং চন
তুবেল মাগী ঈচেলনা
চবৈ ফিথুপ হাংদুনা
পাউদম্লিযে পাউদম্লি
লোক্তাক্কী তাবুনুংদগী ॥

****

## ১৯. ঙাংখ...লোযালম

ঙাংখ লমদম লমনুংশি
ঙাংখলৈমা যোইবেন তোম্পোকপী
ফোইদিং লম্মিৎচুম্বীগী
যাথোকফমদি লমনুংশি
লেপ্পি লোক্তাক খোংবান্দা
মোইবাং লাইজি পাংবলম
থম্বোংতাক্কী তোর্ববান্দা ।
খুযোল তেবী তেশৱা
খাংগবকংবগী ইংখোলদা
লেপ্লি পাৎকী লমদম যেং ।
লোইবী নিংঙোলগী শিযোম্মুং
যোইমনাই তাউদল অঙানবা
কোবৌহনবনা মিতমখিবা
চনুবা মাগী নাৱা ওই
কোংযাং চৈশু অমুক ওন
মাঙফদবা ওইবনা
খোইযুম শাফোঙলকখিবা,
লোক্তাক মাবু খোযদানা
ৱাগী ৱামিৎনা ৱাপল শেম
ঈপাক লান্না শাফোঙলি
থাঙ্গা কবাং চীংথক্তা ।
থাঙ্গখোক কবাংখোক নানপখোক
মতোন নৈচ্ৰেং হাইন-খোক
পাম্ব মাপল ফান-খোক

লাংলেন থাদোই ফংন-খোক,
খুমু লৈবিজাম্বা হাকথক্তগী
পুবেম্বা খম্বগী লাংওনফাও
তিমেল তাখোক ওইন' বা
মাঙফদনা লোৎলিযে
লোক্তাক ভোর্ববান পনঙাকপা
ঙাংখ লমদম মপুংযাই ।

অরাং লমদম পাংদুনা
পাৎকী খোঙবান লান্দুনা
ঈশায খোঙ্গুল লীকসি --
ঈকুম্বী তুবেল লাল্লগা
ফুবালাগী হিদেন্দা
লোক্তাক মরু পাখংখোং
ঈশমচাইবগী ঈকুপফম
ঈহৌবমলি ঙসিসু ।



খোইবেন্তাককী লমদমদা
শৈহেক তল্লি পি থাদোই -
অপাম বাখল অঙাওবা ঃ
কৈথেল ষনগুম নমদাকন,
কল্লক পূকচেল লমকেৎপা
মৈবানবীগুম যাইবী মাঙ
নোংবালগী থবায মিবেলনা
শৈশকলিযে শৈশকলি
'থাদোই থাদোই পি-থাদোই'

## লোক্তাক শৈথাবোল



লাকখিনিতা খল্লবোই
চেংগৈ লমদম পাংখ্রবী
মমোম লাংলেন মহাক্তো
লোক্তাক পাৎকী খোঙবান্দা ।

লমগানবী তুবেল লাল্লকলে
নিংথৌখোং হেন্তাকখোং নাবকখোং
থোংজাওবোক্কী ঈচেলনা
থিঙেল ঈনম খাযদুনা
ব্রাত্ত চেংজেল হুল্লমলি
লোক্তাক পাৎকী গর্ভদা ।
যাঙ্গোই নিংথৌ ইবুধৌ !
লিংজেল খৈনা খামল্লি
কবিগীদমক তেমশীংনৈ
নশানৌ ঈবৈমা মহাক্কা ?
খোইযুম নংগী কাযদোংফম
খোংজাওবোক্কী ফম্বীবেল
নুংজেং নুংকুপ অমফাও
লেমলৈ ঙাকুপ অমফাও
পুকমেন পাউমেন্নদনা
কুমওন অসুক কুইবসু
তেমশীংনবি কবিগী
লোক্তাক লাইবেম্বী মহাক্কা ?

কোবৌ নাবল ব্রাযবক্লে
খোইজুমানগী উকোন্দা
হবি-নুংনাং খোংলক্লে,

## লোক্তাক শৈথাবোল

ক্বাসিফাযগী লাইওইববা
ৱাং পাশ্বীগী ফৈবাদা
কোকিল লাব অমোম্না
লোক্তাক লমদম যেংলগা
পাম্মু নুংশি শেৎনবা
শাবী শানৌ কয়াগী
তেংথা ঈশৈ শকলক্লে ।



খম্নুং শান্না তানখ্রবী !
যান্নাখোলসু তাদ্রবী
নীংশিং 'তিযাথক্তুদা
নংনা চুমথাং খল্লকপা
নৈতাদ্রেনে পুক্লিংসে ।
নংগী যাইবী থন্নাযনা
পাৎকী কম্বোংলক্তগী
চেক্লা ওন্না খোংলকপা
নুংহীক্লবে থম্মোযসে ।
নক্লা লৈবে ফুম্বংনৈ
পোইবৈ তামখ্র তামখ্রগা
কুমওন হৌখ্র হৌখ্রগা
পূক্লিংসে মবোল থোবক্লি
লোইনাইদবা ঈফূৎকুম ।

মগী লাইকোন্নুং
ৱাংল' উপাল ৱাপালদা
চীংঙু থংজীং মহাক্কী
অৱাং পাংবা মালংনা
যান্না পাউমেন্নবকলি ।

তোর্ববুংগী নুংশিৎ নামিবা
থংজীং চীংশাং নাপোমগী
খুমন পাইথবোক্তগী
মৈলৈ লৈম্না নুংজুমপাল
কদাম্বদি লৈনুংশি
খোঙ্গমমৈলৈ যেকমলৈ,
অঙোম সংব্রেলোক্তগী
পামসবৈ-ও নুংঙ্গাবৈ
সদু যাঙ্গেল তেকচাকলৈ
নোংবান লৈবাং কোংযাংলৈ
লৈখল শুনা খোমদুনা
লৈনম মখৈ হূদুনা
লুৱাং লমদম যৌবগা
খুমন মাযগৈ পাংখ্রিবা
হুপ্লবেনে এঙোন্দা
লাংওন ৱাবী লীদুনা
লোক্তাক খোঙবান লাল্লিঙৈ।
ইবুধৌ চীংঙু নোংদমলাই!
মোইবাং শেম্বা কাসাবেল
থংজীং কোন্দুম যাইমঝ
খোইযুম লাই-ও নহাকনা
কাইহৌবীবি কবিগী
নংগী খুৎশেম লিলানা
নোংদম থীবা মপোক্তা?
চীংঙু নংগী নশাইকোন
শবি নমুংনখিবা





কুমওন চাত্রেৎ হৌখ্রফাও
না-প শেন্দানবিবা
মীনম্বোইবে নহাক্তি !

ওক্রুবেলগী লাইশঙনা
লোক্তাক লমদম য়েংহৌবি
কাসিফাযগী লাইকোন্দা
চোথে থাঙব্লায কপহৌই,
লম্মাংদোঙগী চীংদোঙদা
বিষ্ণু ফুবা অমনবা
খোঙনীং কাঙ্গাং লেপ্তুনা
চীংঙুলক্তা তিননিংনা
খামেন চৎপা ফিজোল হোং
পাৎকী মিংশেল যেংহৌই,
যাঙ্গোই নিংথৌ মাতদি
নাপ-শেন্দানহৌবি ॥

****



## ২০. য়াঙ্গোই তুরেল

কোবৌ মরাক চাম্বকাল ।
যাঙ্গোই তুবেল চিনওক্লে ।

যাঙ্গোই তুবেল পৃকতপ্পী !
লোক্তাক খোঙদোযবক্লিবী
কোনু মাগী যারাখোল
পাওদম্লবো অমুক্তা–
খুমন কাওবা মবানযাই
কবম মৈচাক খাঙহৌবা ?
তম্বীযুনে নহাক্লা
মপাম মোইবাং লমদমদা
খুযোল মাগী মকাদা ।
নমবুল তুবেল তোবৈথেক
খুমন লমদম লান্দুনা
যাঙ্গোই কাবোংদা ঈতিনবী
তুবেল নংদি খঙলিনি
নিংঙোল কাদা মিতম্বা
নারা থোইনু কমদৌবা ?
লোইবীচাগুম শকলোৎনা
খুমন কাদা নৈহনবা
হাওদগোন্না কমদৌবি ?
তম্লোগবা অমুক্তা
হাওবা মাগী নাপদা
লীবোগবা লেপ্তনা
কোনু মাগী রাবী ঙাক।

খোঙথাং তুংহন্নদুনা
নীংশিং শাযগুপ শাযবগা
ওইনমলকই রাখলসে,
মাঙগী মৈবিলকসিদা
খোঙকাপ মাঙজিন থাবগা
মৈরাযবকই পূক্লিংসে ।
চৎখ্রোগবা 'মতম' নং
খোঙজেন যাঙনা চেল্লুকো
চাকথেকলিবা মৈবিসে
রাকচিং নোংলেন ওনবা ।
'মতম' কৌবী লাইবেন্বী
নংগী ঈংল' খুৎনান্না
নাউশুম্বীবা খুদিংদা
সনা ওল্লি ঈখেংসু ।

নীংশিং খোঙকাপ রাযবক্কে
কেগে মোইবাং লৈশেম-লাই ।
থংজীং লাই-ও নহাকপু
পাম্ব কৈবেল শাইওন লৌ
মদু নিংথৌ নমদা পো
পলেম খোঙ্গুল লীবকপী
অঙাং নান্না থোইনুবু
তোর্ববান লান্না ঈবানবা
হিবাল্লবো ঐবুসু
খুমন লমদম পাংলুগে
মোইবাং লুরাং খুমনগী
নুংশি পবৈ হূক্রুবা ।।

## ২১. তৌবুল

যাঙ্গোই তুবেল ঈবান্দ্রি
লাইজ ইপাল লাংলিবা
লম্লেন তৌবুল লমদম্মা
চবৈ ফিযান্নদুনা
যান্না পাউমেন্নবকলি ।
খুযোল খম্না হুইখৌববু
নোংযাই থিঙ্গোল খূবনা
তৌবাং থৌবী তাদুনা
মখুৎ তুংবুন্নবগা
ন্নাযেন চৈবাক পীবম্না
তৌনা পুল্লি হাযদুনা
তৌবুল মিংথোন্নখিবা
নীংশিং লৈযোন চোংলক্লে ।

নূবা লৈযেংখুবী-ও !
হাওবৈ লৈবাং নাচোম শেম
শানৌগী না-পদা শাংখিবা,
চেংলৌ শক্লা হেনবনে
লৈবাং লৈচু লমযৌই,
নূবা শকনা যৌবনে
খাবি লৌবুক লমঙাল্লি ।
লৈযেংহনবী মচেম্মা
কল্লক মিহৌনখিবা
মশাবী খুযোল হুইখৌববু
চীবোল লৌনম লাংথাক তৌ

অশাও লুতোন কহনবা,
লীকং তেনকাপ অমদা
খম্নুং শাৱা তানখ্রবী
মপাৱী মমোম শাত্তনা
খাংঙুথক্ত কেনখ্রবী
নূবা মাগী পিবাংনা
লাইজনুংদা তিনখ্রবী,
অফিং-অফাই তেনকাপ্তা
লৈযেংখূবীগী থৱাযনা
ক্রোকলাউবী চেক্লা শাইওন লৌ
খোংলবিনে হৌজিকসু
শিংনাং কমবোং মকমদা ।
পাৎকী কম্বোং লক্তগী
শানৌ উথুম অমোম্না
তুম তুম হাযবা খোঞ্জেলদা
শক্লোৎননা খোংলকপা
নূবা মানা কৌবগুম
তাশোল ওইবে থম্মোযদা ।

তৌবুল লমদম লম্নুংশি
লোক্তাক মাগী না-পদা
লীবিবোইবে নহাক্লা
নূবা মাগী মৈচাক-ৱা ॥

****

# ২২. লিক্লাই কারোং

যাঙ্গোই তুবেল লাল্লগা
খুমন নিংথৌ লৌশিংবা
য়োইথোংঙাইগী লৈমবেল
ঙানুবোল লৈম কাইবৈমগী
লিক্লাং চোইনা কেনখিবা
লিক্লাই কাবোং যৌবক্লে
লোক্তাক নংগী ফিবান্দা ।
লিক্লাং মাগী মহাকথক
লুরাং পোকপা হবাওঙৈ
নোংযাই হাওবমহনববু
মনাও খম্বল চাউববা
খুমন হাওবমতোন লৌথিবনা
তাংজ লুবেল ককখিবা
নীংশিং তাবু হাংলক্লে ।

পাৎকী পাৎপান অঙ্গংবা
লোয়া লমদম অচিকপা
থম্বাল লৈনম পুবকপা
লিবি হুম্বা মালংদা
পান্দোং চুম্ব ফৌনানা
চমোব থৌগল তৌবকপা,
অকাউ পবৈনুংদগী
শাইনোল শন্নাং চোইজাইবা
রায রায তাবা শন্নাংনা
না-পসিদা হুন্নবে ।

## লোক্তাক শৈথাবোল

কোনুগুম্না তামথ্রবী '
য়েংলু' উক' মিৎমাঙদা
নৈবে নংগী নং ঙাক্তা,
পাৎকী উচেক যাবাখোল
কৌজেং হাবৌগী তেংথাখোল
ওইবে নংগী খোঞ্জেল ঙাক ।
লাকলোগবা ইনাক্তা...
ঙাওইদকো থাম্মোয নং !
ঙকইদকো ঙকইদা !

লিক্লাই কবোং তুংওইনা
নম্বোল তুবেল খোঙ্গুল লী
উত্রা পাৎকী ফিবান লান
লেপ্লি ইশোক চীংফু চীং,
সনা পাৎপু ফিরুক খুম
খুবাক লাইখল শাদুনা
লোক্তাক লমদম যেংলিয়ে ।
ইশোক চীংফু ফিবাক খায
মেবাখাংগী ঈচেলনা
কম্বোং শিংনাং মবক্তা
কেকু লোৎপী শান্নবি,
নম্বুল তুবেল লুব্রাউবী
খুমন মপাউ পুদুনা
লোক্তক খোঙ্গুল লীবক্লি ॥

****

## পনথুংফম




চীংফু মচা, অচৌবা
চীংজিন চীল্লোক্লফমদা
চীংঙু খুভম শেমদুনা
লোক্তাক মাগী মশাইকোন
অৱাং পচ্ছোং ঙাক্লিবা
চীংফু নিংথৌ ইবুধৌ !
কেগে মোইবাং লমদমগী
লৈবাং লৈবেল অথোইবা
লুৱাং লোইজিং লোইযাগী
হৈবাং চবোং অচূম্বা
লোক্তাক ঈশায মাপলগী
চীংজুম লাইজ লূববা
পাংকী লাইফল্লেন্দগী
লিক্লাই মহী অশেংবা
কচচবমগে নখুযাখা
খুমন পূংগী শেংলবা
চংবী লাতোন থক্তুদা ।



লোক্তাক ঈবোন্নুংসিগী
লোইনাইদবা ৱাবীশিং
নুংশি থৌবীনা শীংবুন পুন
কিশি চেংনা কিদূনা
শিন্নবমগে ঙসিদি
চীংফু নিংথৌ খুভমদা
নাউযোকপিয়ু চীংঙু-ও !!



****

## রাহৈগী শন্দোকরা

| রাহৈ (লামায়) | শন্দোক-রা |
|---|---|
| ১/ লালু চোমায ককপা (৪) | মঙক ককপা |
| ২/ লোকত্র, তাকত্র (৪) | লোকপা=লানঙম্বা, তাকপা=মাঙবা, মৃৎপা |
| ৩/ লমগানবী তুবেল (৫) | থিনুংগৈদা চেনবা তুবেল |
| ৪/ ঈকম্বী তুবেল (৫) | নবানসৈন্নাদা ,, ,, |
| ৫/ মোংলবিএ (৬) | খুন্দাবিএ, লৈবিএ |
| ৬/ মোবি লেপ্পা চীং (৭) | তাকমুদা লৈবা মোবি মাইবনা কাবম্বা চীং |
| ৭/ যেনাপাৎ যৈনপাৎ (৮) | যেনা যাম্না হৌবা পাৎ, পাউবিলাইশা শলাং মাইবগা যৈনখিবা পাৎ |
| ৮/ হাক্রা (১৪) | হাকময়া |
| ৯/ থৌবাংলুই (১৫) | থবক থৌরমদা মতেং পাংলুবা |
| ১০/ লোইমোম ফৌঙাং শাবা (১৬) | ফৌ মুন্দুনা থোই অঙাংবা মানবা |
| ১১/ মরাক চাম্বা (১৮) | শিথবা, থুইথবা |
| ১২/ চীংহলনাই (২৭ | মোবি মাইবগা লাইশিংগা রাবী শানবগা হল্লকখিবা মফম, লাইফম |
| ১৩/ লাংপুম (২৭) | লাইশিংদুনা শিদুনা পুমখিবা মফম |
| ১৪/ শিনসুহনবা (২৭) | শাম্ব নহা লমগানবগী শিন্নবা মপা |
| ১৫/ লংবা যাখমলোয (২৮) | মোইবাংদা লাইনা পাল্লম্নদগী মীনা পানবা হৌবকপদা চিথহৌবা লাইশিং |
| ১৬/ নুংমু যাবী কাঙবা (৩৩) | চীংজিন্দা নুংমু থোকপা, যাবী মানবা |
| ১৭/ খুরাই লুরাই (৩৩) | গুরু শিদবগী মচা অনি |
| ১৮/ নুংমু শমজেৎ লোনবা (৩৯) | নুংমু নুংপাক মবোল মবোল লৈবা |
| ১৯/ শেল্লোয নীক্ত' যাতা চীং (৩৯) | য়ুহাব হাবদা নীক্তনা যাতাদুনা লৈবা চীং |
| ২০/ য়াবৌ শাকং পবেং চীং (৫৫) | নোংযাই হাওতংচানা শাদুম অকংবা/ অযাইবা পবেং লেংদুনা পুবক্লগা চাখিবা চীং |

২১/ মাবোয (৬২) লোযনবা মরূপ

২২/ খৈনা (৬৫) মখৈ ফংনা, শাথীনা

২৩/ তেনবান ৱাযব নোংমন চীং (৬৬) তেন্না পান্দুনা শিখিবা মফম চীং

২৪/ থাঙ্গখোক, কবাংখোক, মফম মফমদা হৌবা তেশৱানা

নানপখোক (অসির্নচিংবা) (৯৬৯) তাখোক ওইখিবগী মমিংশিং

২৫/ কোবৌ নাবল ৱাযবা (৭১) নুমিদাংৱাইবম ওইবকপা

২৬/ চোথে থাঙৱায (৭৪) চোথে থাঙৱায পাখংবা (লাই)

২৭/ লৈযেংখূবী (৭৭) খুবোল খম্ব হুইথৌবগী নুপী

অতোম্বী, হাওবৈ লৈবাং চিনবদ পকচবী

মাবু লোনবী মচেমনা কল্লক্তনা মপুবোইবদা

ওইদবা ৱা হাথক্তিন্দুনা হাৎহন্নখিবা

